# অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং





এসএইচ. প্রহলাদ শর্ম্মা

# AKANGBA UPALDA CHONGLAKPA YENING




**Published** : **Shreedarshnee Book Publications,**
Iroishemba Mamang Leikai
Imphal Kangchup Road
Pin-795 004, Manipur (India)

*On behalf of*
**Manipur Literary Society**
Imphal, Manipur, Pin 795 001

**First Edition** : November, 2004

**Reprint** : January, 2008

**Cover Design** : **K. Nilachandra Sharma,**
Naoremthong Bazar, Imphal.

**Printed at** : **EIGYA Computer Printing Centre**
Naoremthong Bazar, I.K. Road, Imphal

**Copy** : 1000

**Rate** : লুপা ১০০/-

---

**অইবগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং:**

১। থৌওম য়াইফলোন (শৈরেং) ( য়োম্নবা কোপী লৈত্রবা), খৃ: ১৯৭৮ইং
২। নুতন মঞ্জরী (উপন্যাস), খৃ: ১৯৯০ ইং
৩। নোংদম্বে শাপ ফংলবী অমে পাউদম (খণ্ড-কাব্য), খৃ: ১৯৯১ ইং
৪। অনুপমা (উপন্যাস) ( য়োম্নবা কোপী লৈত্রবা), খৃ: ১৯৯১ ইং
৫। মালেমদা লাইজ থিবা ( শৈরেং), খৃ: ১৯৯৩ ইং
৬। ইমা (শৈরেং), খৃ: ১৯৯৪ ইং
৭। মরোল থোক্লবা নুঙ (শৈরেং), খৃ: ২০০৩ ইং
৮। অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং, খৃ: ২০০৪ ইং
৯। অহাঙবা অতিয়াদা য়েক্লিবা লাই, খৃ: ২০০৭ ইং

ঐত্তা !

লাইরিক ইববু য়াম্না পামজরম্বা
পাবুংগী অরোইবা য়াহৈ :
'হাপ্লকনু য়াই
মূংখ্রসনু খাম্বী মৈ
হকচাং ফুঙ্গাদৈ...'
নীংশিংদুনা ঐত্তা পাবুংগী মফমদা
কচ্চারি চল্লবা লাইরিক অসিমা।

অইবা

# সোসাইটিগী মায়কৈদগী

চহী খরগী মমাঙদগী হৌনা মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটিসিনা অনৌ অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী ওইবা লাইরিক কয়া পুথোক্লবা লেপ্তুনা হোৎনজরক্লি। সোসাইটি অসি খৃ: কুম ১৯৮৫ ইংদগী হৌনা অইবা-অইবীশিংতনা মপুং ওইনা পুন্সিন্দুনা শেমখিবা সাহিত্যগী লমদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা সংস্থাননি। সাহিত্য অকাদেমি নয়া দিল্লীনা শক খঙবগা লোয়ননা সাহিত্যগী লমদা খোঙ থাংজিল্লক্লিবা অইবা-অইবী কয়াগী পুক্লিং থৌগৎলিবা সোসাইটিনি। সোসাইটিসিগী অইবা অইবীশিংনা ফোঙবা মগুণ লৈরবা লাইরিক্তা ষ্টেট অমদি নেসনেল থাক্তা লাইরিক কয়াদা সাহিত্যগী মানা কয়ামুকসু ফংনখ্রে। খৃ: কুম: ২০০১ ইংদগী হৌনা সোসাইটিনা মগুণ লৈবা লাইরিক্তা চহী অনী-অনীগী ওইনা সেরাম মুক্তা মানা পীবা হৌখ্রে। সোসাইটিসিগী পান্দমসি লাইরিক ফোঙবা খক্তা নত্তে, **'সাহিত্য লৈচল'** কৌবা থা ৬/৬ কী সাহিত্যগী চেফোঙসু ঙসি ফাওবদা লেপ্তুনা পুথোকচরি।

মমাঙদা সোসাইটিসিনা পুন্না লাইরিক কুনমরি ফোঙখ্রে। বারীমচাগী লাইরিক তরেৎ, শৈরেংগী লাইরিক তরামরি, ড্রামাগী লাইরিক অনী অমুং উপন্যাসকী লাইরিক অমনি।

লাইরিকসি ইবিরিবা শ্রীশামুলাইলাৎপম প্রহ্লাদ শর্ম্মাগী জপানিজ হাইকু শৈরেং **'অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং'** হায়না মিংথোনবা লাইরিকসি সোসাইটিসিগী ইডিটোরিয়েল বোর্ডনা খনগৎপিরকপদগী সোসাইটিনা ফোঙদোকপা কুনমঙাশুবা লাইরিক ওইনা মীয়ামদা পুথোকচবনি। শৈরেং লাইরিকসি অইবগী ইনৌ-নৌবা খৃৎইনি। হৈক্রু চান্নরগা ঈশিং থকপা হাউবগুম, লাইরিক অসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা য়াম্না নুংঙাইবা মহাউ অমা শোয়দনা পীরগনি খল্লে। সোসাইটিনা লাইরিক অসিবু অপাবশিংগী খুত্তা ঙসি শিন্নজরি।

ইম্ফাল,
তাং ১৫, ওক্টোবর ২০০৪ ইং

**খিংবাইজম শরৎচন্দ্র**
*জেনেরেল সেক্রেটরী*
মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি
ইম্ফাল

# অইবগী ৱারোল

পুন্সিদা অতেনবা শৈরেং কয়া পাখ্রে। অদুগুম্বা শৈরেং মখলশিং অদু করি কৌবগে হায়বা ঐ খঙলক্তে। ইয়াম্বা কবি ঐচ. নন্দ মৈতৈনা য়াম্না তেনবা পরেং ৩/৪ শাংবা মদুসু ৱাহৈ ৩/৪ খক ওইবা, মশানা ইজবা শৈরেংবু কবি সম্মেলন কয়াদা মানা ঈশৈ ওইনা শক্তুনা তিল্লিবা ভাবকপু শুমহৎতুনা তাহনবিখি। মাগী অতেনবা শৈরেংশিং অদু করম্বা মখলগী শৈরেংনো হায়বসু খঙলক্তে। য়াম্না অশাংবা শৈরেং ৪/৫ ইদুনা লাইরিক ওইনা ফোঙখ্রবসু অতেন-অতেনবা শৈরেং কয়া ঐগী দাইরী কয়াদা ইদুনা ফোঙবা ঙমদনা লৈরি।

খৃ: ১৯৯৮ ইংগী মমাঙদা ঐগী মরূপ ডা: লনচেনবা মীতৈনা ইংলিসতা ইবা, জপানিজ হাইকু শৈরেং লাইরিক অমা পুথোক্তুনা য়েংহনবিখ্রে। লাইরিক অদু য়াম্না ফজে। শৈরেং অমমমখক লামায় অমমমদা ই। শৈরেংশিং অদুগা চান চানবা অর্থ লৈবা লাই অমমম শৈরেং খৃদিংগী লামায় খৃদিংদা য়েকই। শৈরেং মখল অসিনি খৃ: ১৯৯৮ ইংগী ঐগী দাইরীদা জানুৱারী ১দগী হৌরগা চহী অসিগী ডিসেম্বর ৩১ ফাওবদা নুমিৎ খৃদিংগী শৈরেং অমমম ইগে খন্দুনা ইখি। শৈরেংশিং অসিগী মমিং **'অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং'** থোল্লম্মী। নোংমদা শৈরেং ১/২, ২/৩ ইখিবসু য়াওরম্মী। পূম্না শৈরেং মশীং ৪৪২ নি।

ঐগী **'অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং'** কৌবা লাইরিক অসিবু ফোঙবিনবগী অচৌবা থৌদাং লৌবিরিবা অমদি ফোঙবিনবা হায়জরুবদা অয়াবা পীবিরকপা মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি ইম্ফালগী ঈকায়খুম্নজরিবা প্রসিদেন্ট ডা. লনচেনবা মীতৈ অমসুং সোসাইটিগী মায়কৈদগী অফোঙবগী ৱারোল ইবিরিবা জেনেরেল সেক্রেটরী, শ্রী থিংবাইজম সরতচন্দ্র অমদি সোসাইটি অসিগ ইডিটোরিয়েল বোর্ডকী মেম্বরশিংবুসু থাগৎচরি।

অরোইবা ওইনা ঙসিদি মীয়ামগী মফমদা ঐগী শৈরেং লাইরিক অসি শিন্নজরি। মপানগী ফোঙনরিবা হাইকু শৈরেংগুম্না লামায় অমদা শৈরেং অমখক ইজবা, শৈরেং খৃদিংগী লামায় খৃদিংদা লাই য়েকপা অদুমদি ঐগীদি ঙমজখিদ্রে। অদুম ওইনমক পাবিরিবশিংনা নৈনবিদুনা লাইরিক অসিগী মমল লেপ্পিরককনি নীংজে।

তাং ১৫/১০/২০০৪ ইং  অইবা

মেরা চাউরেল হৌবা

# জানুৱারী ১৯৯৮ ইং

## অনৌবা চহী

শক্লিনে ঈশে
অৱা-নুংঙাইগী সুরদা
পুন্সি লোমদ্রিঙৈ।

জানুৱারী ১, শগোলশেল, ৱাকচিং ৩ চহী হৌবা নুমিৎ

## ৱাহং

সোক্রেটিস হায়যু:
ঈশ্বরসি অচুম্বরা?
অচুম্বা লানব্রা?

জানু: ২, ইরাই, ৱাকচিং ৪

## লন তানবা

শোক্লনু ভক্ত
খ্বাইদে মীনম্বা ধর্ম্ম...!
জ্ঞানসি লৌশিল্লে।

জানু: ৩, থাংজ, ৱাকচিং ৫

## মশক খঙলকপা

পীগনি চৈরাক।
পুথোক্লি ৱায়েল শঙদা
তমথীবা মপু।

জানু: ৪, নোংমাইজিং, ৱাকচিং ৬

## নিংথমগী থাবলসিদা

মেঙল থাবলসে
ওইরে লাং, থুরি মিৎস্না
লাক্রোবা নঙবু।

জানু: নিংথৌকাবা, ৱাকচিং ৭

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## মশক তাক্লকপা

মশানা হায়জে;
মাদি তাইবঙ মপুনি !
ঐনদি য়াদে।

মথকী তাং

## খঙলকপা

ধর্ম্মে লাইরিকশিং
মপুঙ অমত্তা ফাদে...
ঐনদি য়াদে।

জানুঃ ৬, লৈবাকপোকপা, য়াকচিং ৮/৯

## লমন খুম্বা

ওল্লে থম্মোই নুঙ
কিদ্রে তাইবঙ মপুফাও
পীনি মা চৈরাক।

জানুঃ ৭, য়ুমশকৈশা, য়াকচিং ১০

## হে মী

ফত্তবা তৌই।
হায়রসু তাইবঙ মপু
ওইদ-মীনম্মী।

জানুঃ ৮, শগোলশেল, য়াকচিং, একাদশী

## ঐগীসিনা মহেল্লে

মীচং খোম্লরি
তাইবঙ মপু নামা থোং
হূ কামথোক্লরি।

জানুঃ ৯, ইরাই, য়াকচিং ১২, ইমোইনু অহোঙবী

## ভূৎ

ভূৎ শুংলৈ লৈতে
ভূৎ শান্নবা মীদি লৈ
ভূৎনি মীফত্ত'।

জানুঃ ১০, থাংজ, য়াকচিং ১৩

## ইরৈবাকসিগী

হোম্রি ৱাকয়ৈ হি
মোং-হ্যাদ লৈরি লোক্তাক
ঙাহৈরি নীংতম্বা।

জানু: ১১, নোংমাইজিং ৱাকচিং ১৪

## লৌনম্বা ঙাক্তি

অচুম্বা চৎপ্রা?
ধর্ম্ম 'মখক থাজবা
মীফম মখোয়।

জানু: ১২, নিংথৌকাবা, পূর্ণিমা, মাঘস্নান হৌবা

## অহাঙবসি শৈরেংনি

শৈরেং পারি ঐ
করিসু ইদবা অসি
ওইরম্লে শৈরেং।

জানু: ১৩, লৈবাকপোকপা, ৱাকচিং ১৬

## মাগী মফমদা

হায়বিয়ু নঙনা
চেকশিল্লুকো মতমসে
মরুনি ঈজ্জৎ।

জানু: ১৪, য়ুমশকৈশা, ৱাকচিং ১৮

## চৈবা

নচীন থীগনু !
কনানো ইখঙ-খঙবা ?
করি খঙলবা !

জানু: ১৫, শগোলশেন, ৱাকচিং ১৮

## অওনবা

মী শঙ্গু শঙ্গু
লাম্বোক্লখি উরোক থোং ।
ষণসু লাম্বোকখি।

জানু: ১৬, ইরাই, ৱাকচিং ১৯

## খুন্দাবা

লৈ মচোই-মচোই ...
মরৈবাকপু নীংশিংলি
নুংশিবা মৈতৈ।

জানু: ১৭, থাংজ য়াকচিং ২০

## মহাক লাই শাবনিদা

মপু কৌনীংদে
ঐগী মীগী খায়রিবা
মহাক লাই নত্তে।

জানু: ১৮, নোংমাইজিং, য়াকচিং ২১

## তোংজৈ মরিলগী পূকচেল

শেমদেদা তাইবঙ
মিৎয়েং খূবা মপুনা
নত্তে মা মপু।

জানু: ১৯, নিংথৌকাবা, য়াকচিং ২১

## নঙগী নঙনি ঐ

নঙবু লাক্লো'বা
ঙাইজরি নঙগী নঙনা
হিংমিন্নগে খন।

জানু: ২০, লৈবাকপোকপা, য়াকচিং ২২

## থোঙজাও হাংদোক্লকপদা

লাই মচা ময়াম
ধর্ম্ম পূম্নমক চৎলি।
ঈংসনু মালেম।

জানু ২১, যুমশকৈশা, য়াকচিং ২৩, ষ্টেট হোলিডে

## থাজবগী য়াংমদা

ধর্ম্মগী লাইরিক !
ও ! কয়াম চুম্নবগে ?
চিংনিনিংঙাইনি।

জানু: ২২, শগোলশেন, য়াকচিং ২৪

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## করেম্মবা

ঐ মপুদুনি
খ্বায়দৈ চাউবদু ঐনি
থাগৎলু ঐখক।

জানু: ২৩, ইয়াই, ৱাকচিং ২৫

## তাইবঙ শেবাৎনবা

লৈশেম মপু ! নঙ
কৈদৌ ম্মারি ইশিনবা
ফত্তবা লাইরিক ?

জানু: ৪, থাংজ, একাদশী

## অরান খুভম ফংলকপা

ধর্ম্ম ময়ামনি।
নত্তে 'চুম্বা থাজবা
ধর্ম্ম'মা চৎপা।

জানু: ২৫, নোংমাইজিং, ৱাকচিং ২৭

## অশিবশিংগী ৱায়েল

নীংতম্ব লৈঙাক !
যাদে নীংতম লানহৈনা।
হা ওইবি মীচম ..।

জানু ২৬, নিংথৌকাবা, ৱাকচিং, ২৮, বিপব্লিক ডে

## নঙনা করি হায়রিবা

[illegible] ত্তৌবা
[illegible] চানাবত্তে কৌরা
[illegible]

মথক্তী [illegible]

## লিন্দৃগী হূ

[illegible] কৌনিং [illegible]
[illegible] ধর্ম্ম হুনবদো
লিন্দৃ' ধর্ম্মদো।

জানু: ২৭, লৈবাকপোকপা, ৱাকচিং ২৯

## ব্রাঙাং কমজাও হম্নবা

মশানা হায়জৈ:
'লাইনা থারকপনি ঐ'...।
মীফত্তনি মা।

জানু: ২৯, নুমলকৈশা, ম্রাকচিং খাশি

## ইদোম য়েংজনি

ওইজসনু ঐ
কাব্রং লৈয়েক ফিয়ালদো
খঞ্জিনগনি নঙ।

জানু: ২৯, শগোলশেল, ফাইরেল ১

## কবিদা হায়রম্বা

ঐনি মপুদো !
ইশিনবনি ফত্তবা
মীনা লাইরিক্তা।

জানু: ৩০, ইরাই, ফাইরেল ২, ইদুল ফিটর

## মানা হায়রম্মী

ঐনি অখওবা
অসুম্না শেংল লাইরিক
ইয়ু হায়খিদে।

মথন্তী ভাং

## কল্লবা নুঙগী থম্মোই

ধর্ম্মদি য়াম্মী
অচুম্বা ধর্ম্ম চৎলি
চানবী মপুনা।

জানু: ৩১, থাংজ ফাইরেল ৩/৪

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

# ফেব্রুয়ারী ১৯৯৮ ইং

**কায়থরক্নে**

মালেম কোয়রশ্মী
লমচেক্লা থঙ্গোং ওইনা,
য়েংহৈদ্রে শক্তম।

**ফে: ১, নোংমাইজিং, ফাইরেল ৫, শ্রীসরস্বতী পূজা**

**খূদম চাংদম্নবা**

য়াই চেনবা ঈফূৎ ...
হকচাংগী চীংশাং পরেং
লৈ চীংদুম ফাইবোক।

**মথকী তাং**

**ব্রাহৈশিংসি হায়রি ঐ**

অশি লমদম্নি
মোংফমগী মোংফমমক্তা ...
ঐদি শিনীংদে।

**ফে: ২, নিংথৌকাবা, ফাইরেল ৬**

**তেংথাজবা**

করি খেন্নরি
নীংতম্বা ফং' ফংদবা
অশি খয়াৎ মাঙ।

**ফে: ৩, লৈবাকপোকপা, ফাইরেল ৭**

**কেন্সর**

লায়না অমনি
অতোপ্পা হিংলি কাউবা
হিংমিন্নরিবা।

**ফে: ৪, য়ুমশকৈশা, ফাইরেল ৮**

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## তাইওম্নরকপদা

লৈকংলা থেংনৈ
ইন- খোনবা চৎলুবদা
লুর-পাৎয়াইদা।

**কে: ৫, পগোলশেল, ফাইরেল ৯**

## চিংনবা ৱাহং

য়েংউ, লোৎলিবা
তাইবঙ থম্মোইদা ঈয়াং ...
প্রলয় লাক্লদ্রা ?

**কে: ৬, ইয়াই, ফাইরেল, ১০**

## রাজনীতিৱালা ওইবা

লৈরে চীন-ময়াম
থওইনা শেম-শানরে
ওইদ ঙাঙনবা।

**কে: ৭, থাংজ, ফাইবেল ১১, একাদশী**

## উচিগী লানহৌদা

কোক্রি অমম্বা
মিপাইনৈ কিমন্দুনা ..
খ্বাঙ কোন্থরক্রে।

**কে: ৮, নোংমাইজিং, ফাইরেল ১২**

## খঙবা হৈবা তাম্নবা

য়ু য়াম্না থক্রে
মখোয় ঙাঙবা লেপ্লদে।
শাউগৎনবকই ...।

**কে: ৯, নিংথৌকাবা, ফাইরেল ১৩**

## টেরোরিজমগী সমস্যা

প্রজানা পামদে
চাওখৎলোইদ' লৈবাক্তা
অওনবা অমা।

**কে: ১০, লৈবাকপোকপা, ফাইরেল ১৪**

**অকংবা উপালদা তোংলকপা য়েম্নিং**

## গুন্দা রাজ্য

মোংহল্লে মালেম
ইরমসু থুংলে শরুক
ফত্ত-বাখলগী।

কে: ১১, মুনশকেশো, পূর্ণিমা/মাখমান লোইবা

## লৈবাক নীংবা

মী হাৎলু হায়ব্রা?
নীংতম্নবা হায়রগা
নূৎ-পাৎ তৌ হায়ব্রা ?

কে: ১২, শগোলশেল, ফাইরেল ১৬

## চাওখৎপা তান্নবা

শেলয়াম তান্নরে
লৈকায় গুন্দা নুংঙাইরে
নীং তম্বে মিংদা

মখকী তাং

## মিত্রংগী লৈবাক

খূৎ শাংদোক্লক্লে
খুদোং চাবা ফংনবা
খূৎকী খূৎমক্তা।

কে: ১৩, ইয়াই, ফাইরেল ১৭

## পব্রার

মীনা আইন শেম্মী
মীগীদমক্তি হায়
মীনা আইন ইন্দে।

কে: ১৪, খাংজ, ফাইরেল ১৮

## লম মুম্নবা

মী পংখৎ-খৎনৈ
মী পংতাৎ হাৎনৈ লমগী
মী পংচেন- চেন্নৈ।

কে: ১৫, নোংমাইজিং, ফাইরেল ১৯

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## লৌ মপু য়োংনা তানবা

থেম্বসু য়াদে
নোংমৈ পংকাপ্ত-কাপ্নে
খুল মুন্নরক্লে।

কে: ১৬, নিংথৌকাবা, ফাইরেল ২০

## শান্তি মীরাইরুবদা

হাৎনৈ মী মশেল
মনিঙ হল্লে ইতিহাস
মাঙখ্রে রাম রাজ্য।

কে: ১৭, লৈবাকপোকপা, ফাইরেল ২১

## অনৌবা যুগ

মৈদি থান্নরি
পৃক্লিং রাখন্দি মৈ্নে
অমম্বা হৈনৈ।

কে: ১৮, মুমশকৈশা, ফাইরেল ২২

## লাইরিক নৈনবা

খংপ্রেক হেক খংই
নৈনবা হৌরকপদা
লোইবদা পি তাই।

কে: ১৯, শগোলশেল, ফাইরেল ২৩

## জননেতা

চাউর' মূর্ত্তি 'মা
লেপখৎলকই যুগ পুবা
নুঙ মচেৎশিংদৈ।

কে: ২০, ইরাই, ফাইরেল ২৪

## মী মরক্তা

ভূৎ অমা কপ্লি।
মীওইবনা মুনবিখ্রে
মাগী ফক্তবা।

কে: ২১, থাংজ, ফাইরেল ২৫

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## মরম য়োম্নেকপা

খুন্নাই পীবুক্লুং
যেম্নৌ চোংলে লানহৌগী
পুকতম থীরকণ্ডে।
কে: ২২, নোংমাইজিং, ফাইরেল, একাদশী

## মতমগী খুদোল

নীংখায়থ্রে চেকপল
মীনাই লোইবা খুন্নাইগী
থায়না খিল্লম্বা।
কে: ২৩, নিংথৌকাবা, ফাইরেল ২৭

## লান্থেংনরিবা

নীংতমদৌরব্রা ?
য়েংউ লান্থেংনরিবা
য়াওল লাম্মীশিং ...।
কে: ২৪, লৈবাকপোকপা, ফাইরেল ২৮

## বাপুজীগী মাণ্ডদা

কুপয়ান য়াম্থৎখি
চাউর খোংনাং তুথখি
অঙৌবা হনখি।
কে: ২৫, য়ুমশকৈশা, ফাইরেল ২৯, শ্রীশিবরাত্রি

## শিব মহাদেব

মমিৎ উইশিল্লি
শীংনৈ মিৎ কোটি - কোটি
নুণ্ডদুম ওল্লক্লে।
মথঙ্কী ভাং

## মীগা মীগা মান্নবা

মান্নবা খুন্নাই ! ...
নত্তে, অরিবা য়ুম্ফম
মসিনি য়াওল।
কে: ২৬, শগোলশেন, ফাইরেল থাশি, সূর্য গ্রহন উরোই

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## ব্রারেপ্পবা

মতুং হলহলসি
মাঙদা ওনশিল্লক্লিবা
হাৎনবৈ কাংখোঙ।

কে: ২৭, ইরাই, লমতা ১

## কাঙলুপকী ঈরাং খাম্বা

খুল মৈ চাক্লক্লি
লোইবী চীং মৈবায়রক্লি।
মৈ থাননু, মৈ !

কে: ২৮, থাংজ, লমতা ২

## বর ফংলবা ভস্মাসুর

ভোট কারে মন্ত্রী
কাউথোক্লে শেম্বীরকপা
ওৎলক্লে প্রজা।

মথক্কী তাং।

# মার্চ ১৯৯৮ ইং

## অরোনবা থ্বাহং

খন্নরি ঙসি
অহিংসে নঙগী মরম
        শান্তি লাক্লদ্রা ?
                মার্চ ১, নোংমাইজিং, লমতা ৩

## কোম্বিং ওপেরেসন

নুংশি হৈতেদা
য়াহৌফাও য়াহৌনদ্রি
        হাৎপিরে মীচম।
                মার্চ ২, নিংথৌকাবা, লমতা ৪

## করি নুংগী

মী হাৎপা ফত্তে
ঙরাংদি খন্নহৌদে
        দণ্ডীদি কিদ্রা ?
                মার্চ ৩, লৈবাকপোকপা, লমতা ৫

## নাশিথোংদা তাইনবা

করি কান্নরি
মীচম্বু হাত্তোকহনবা
        'সিবু য়াওল্লা ?
                মার্চ ৪, য়ুমশকৈশা, লমতা ৬

## হক

ঙাঙনীংবা ঙাঙনি
মমৈ হাইবা হূই নত্তে
        ঐ শক্তিক চাদে।
                মার্চ ৫, শগোলশেন, লমতা ৭

## চেকশিনগদবা

য়াওল লানথৌনি
চাওখত্ত-চাওখৎনবা
হৈত্রগা তুম্বা।

মার্চ ৬, ইরাই, লমতা ৮/৯

## চোইরোল নত্তে

চেৎনা থাজেনে
নুংঙাইগনি শোয়দনা
নীংতম্লক্লবা।

মার্চ ৭, থাংজ, লমতা ১০

## অনৌবা খোঙথাং

মীনুংশি লৈসি ...
মালেমসিনা খঙনবা
নোংমৈসু কাপসি।

মার্চ ৮, নোংমাইজি, লমতা ১১

## তসলিমা

মীকপ থোক্লকে
লিন্দৃ ওইবা হৈনদ্রে
নুপী ওইনীংলে।

মথকী তাং

## আত্মাঘাত তাহনবা

সেংলৈ মীয়াম্না ...
নোকথোক্লকই অশিনা
মাগী মরমদা।

মার্চ ৯, নিংথৌকাবা, লমতা ১২

## নীংশিং ফূরা

[illegible]ওল্লোই মোংফম ...!
মম্ল কোকখুমাক কুপ্পি
নী[illegible]তম মৈরীসে।

মার্চ ১০, লৈবাকপোকপা, লমতা ১৩

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## ইমা লৈবাক

লান শোক্লরনি !
লাম্লী'মা ওইরুবনি
নঙ নুংশিরুবে।

মার্চ ১১, মুমপকৈশা, লমতা ১৩

## সভ্যতা

মীগী সভ্যতা !
থরায় পোম্বা মমলনি
মীওং- চৈফৃগী ...।

মার্চ ১২, শগোলশেল, লমতা ১৪

## অফবা মঙ

মঙঙু মঙ অমা !
হৌরো অনৌ' মীরোলগী ...
নত্তে ফত্ত মঙ।

মার্চ ১৩, ইরাই, পূর্ণিমা/য়াওশং মৈ থাবা

## লৈকায় সরকার

থৌরম য়াম-কৃংনৈ
শোর হোন্দ্রে লৈকায় ক্লবশিং
মীরা ঙাঙনরে।

মথঙী তাং

## প্রজাগী খোল্লাউ

লৈবাক্লীদমক
নীংতম লানহৌগদবা ...
নৎত্রা ? হায়য়ুনে?

মার্চ ১৪, থাংজ, লমতা ১৬, শেচকারী

## লৈখা তম্লকপা

ঙাঙল-মশেক য়ৈ
লাক্লে লৈখাদা 'তিয়া
নেমলক্লে নোংদোন।

মথঙী তাং

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## সরেন্দর

কখোকচরিনে
মমায় পাকত্রিবা লানহৌ ..
লানহৌবা লাম্মী।

মার্চ ১৫, নোংমাইজিং, লমতা ১৭

## য়াওশং

কাপ্পি পেচকারি
ওনপ্রে অবের কোরৌনা
ঙাঙলে নুজাশিং।

মখক্কী ভাং

## কুচু ওনবা

শান্নে কোরৌনা
লূপ্পি লাইজ ঈরোন্নুং
ঙাঙশিন্নে ঙাঙশং।

মার্চ ১৬, নিংথৌকাবা, লমতা ১৮

## ঙসি পুথোক্কদবা

অফবা ৱাখল ...
ইনৌ-নৌবা খুন্নাই'মা
হয়েংগীদমক।

মার্চ ১৭, লৈবাকপোকপা, লমতা ১৯

## পম্বুররোই

অচুম্বা ৱাখল !
ঙসিমক ..., নত্তে, হৌজিক !
মিংকুপসিদগী ...।

মার্চ ১৮, যুমশকৈশা, লমতা ২০, হলফার

## কখোক্লবনি

লাইগী মচাশিং !
মৈচেম ওইয়ু ঐ'শন্না
লৌ নীংতম মৈরম।

মখক্কী ভাং

## ঐনি

কমি কাম্নি
হিংবে কামমকশিং ...
নৈরুক শিজরে।
মার্চ ১৯, পাংগনশেন, লমতা ২১

## দামীন্না লৌশীংলকবা

মীকন্ত-চেক্রক
কত্তবা তৌনীংত্রে ভূং !
মংসু কত্তেদা !
মার্চ ২০, ইরাই, লমতা ২২

## শাসন

থম্মোই মরাপ্লোই !
য়েংউ, নীংতম লৈচিলশিং
পাইরি য়াম-থাপ্না।
মার্চ ২১, থাংজ, লমতা ২৩

## মথোঙ মরম খঙদবা

নোংমৈনা হোত্নলক
য়াদে কাপকনু হায়সু
পংকাপ্তা কাম্নী।
মার্চ ২২, নোংমাইজিং, লমতা ২৪

## উশোয় চোংলকপা

হৌগৎলকনি
ফনা য়াম্ভৎলসু
য়াওল্লোয় পাম্বী।
মার্চ ২৩, নিংথৌকাবা, লমতা ২৫

## শত্তম ঙাক্লনবা

চাওখৎত্রিঙৈদি
হীরম খূদিং লানহৌনি
চাওখৎননবা।
মখতী অং

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## গীতা

কিনু, কিগনু
তূমশিন্নবা তোক্লো নঙ
লৈতে ওইদবা।

মার্চ ২৪, লৈবাকপোকপা, লমতা ২৬, একাদশী

## অমত্তা ওইবা

য়াইীপমিন্নরে
ঐনা চূপ্লি কবিতা
তিন্নবে থম্মোই।

মার্চ ২৫, যুমশকৈশা, লমতা ২৭

## মরী লৈনবা

কনাসু লৈতে ... !
লৈরি ঐগী চে, কলম
নোক্লি কবিতা ।

মার্চ ২৬, শগোলশেন, লমতা ২৮, বাকনী

## তূম্বা হৌদোকপা

তূম্লিনে শিব
হৌদোক্লি অতূম্বনা
তূমথমিন্নখ্রে।

মথক্কী তাং

## শিব দূর্গাগী অঙকপা

শংকায়রকপদা
কনশীনখ্রে লৈয়োন নুংগুম
চূপ্লি পেৎনবা।

মথক্কী তাং

## কথোকপগী মহৈ

চাকসনু থাউমৈ
চোকথদসনু মঙাল
ঙালসনু লম্বী।

মার্চ ২৭, ইরাই, লমতা ২৯

## ব্রাহং অমগী পাউখুম

লোইশিনবা নাইরো !
লোইদ্রিবরা ইবদো ?
　　খুমজৈ: 'লোইজদ্রি'।
　　　　মার্চ ২৮, থাংজ, লমতা থাশি

## হনবদি শোয়রোই ইয়ূম

নঙগীনি 'সিদি
পুক্সি য়াচঙলক্লদি
　　পাইখ্রনি চেক্ল।
　　　　মার্চ ২৬, নোংমাইজিং, শজিবু ১/২, মৈতৈ চহী হৌবা

## বন্দী

থব্রায় ফাজিল্লে
থম্মোই য়োহ্লিংনা পুল্লে
　　ঐ হিংনীংলিনে।
　　　　মার্চ ৩-, নিংথৌকাবা, শজিবু ৩

## নিজবা

য়েংহল্লু ঐবু
নখূয়া খাগী তাইবঙ
　　পানবিয়ু নম্মিং।
　　　　মার্চ ৩১, লৈবাকপোকপা, শজিবু ৪

# এপ্রিল ১৯৯৮ ইং

## মন্ত্র

কংজন উপালদা
        মচুশ শক্তি থোইনীংনা
তেংলক্রে মোমিং।

এপ্রিল ১, য়ুমশকৈশা, শজিবু ৫

## ঐখোয়মা নোংপংলকপা

লাইরেবাক অমা
        মাঙদা তাদুনা চৈরে
খুলগংখিন্নরণি।

মবকী তাং

## হাজনবা লাইনোংবা

এট্টোম ন্যুক্লিয়ার বোম !
        মীনা মীওইরবদমক
চাউথোকচরিত্রা ?

এপ্রিল ২, শগোলশেন, শজিবু ৬

## ওপিগী মাদেম

মাদেম চত্থোম'মা
        নত্তে, চত্থোমকাও ফাত্রে
শীথক শীকপিনদ্রে।

এপ্রিল ৩, ইরাই, শজিবু ৭

## খিজোল

থবায় ওইনবি
        অদৌবা'মা শিন্নবা
খিজোল থোনীংদ্রি।

এপ্রিল ৪, থাংজ, শজিবু ৮, থোংবা তৈথোং মথংপা

এপ্রিল ১৯৯৮ ইং

## কৌনিরকথিনু

ইমুংসি মথক্র

[illegible] রাই [illegible]

ঐ হল্লকাংরোই।

এপ্রিল ৫, [illegible]মাইজিং, শজিবু ৯, শ্রীরাম নবমী

## লোম্মোক্তবনা ভাঙবা

লোম্মোক্তবা ঐ

মিহুল মরোলদা [illegible]

ইকায়রা নঙবু ?

এপ্রিল ৬, নিংথৌকাবা, শজিবু ১০

## খোঞ্জেল থোক্তবে খোঞ্জেল

কোকিলনা খোংলি

ঐ খোঞ্জেলদি থোক্লক্ত্রে

পূর্ণশিনগ্রে খোঞ্জেল।

মথক্কী তাং

## লাই শাবা

লাইদি তূম্মিন লৈ

লাই ওল্লি নুঙ মচেৎনা

মীনা বা ভাঙবী।

এপ্রিল ৭, লৈবাকপোকপা, শজিবু একাদশী

## তৌশিন্নবা লাই

ঐনা শীংনরি

ঈগী খোন্নাং লূপ্পা লাই

নঙবু লাইরনে ?

এপ্রিল ৮, য়ুমশকৈশা, শজিবু ১২, ইদুল-জুহা

## নঙবু উননবা

নঙ লাক্লম্বা য়াই

লৈনা মরক্তা লোন্না

উইশিল্লে ইমিৎ।

এপ্রিল ৯, শগোলশেন, শজিবু ১৩

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## পম্বুং

চৎখিগদবা

খৃদিংমক হনগদবা

ঐগী ঐ নাক্তা।

এপ্রিল ১০, ইরাই, শজিবু ১৪, গুড ফ্রাইডে

## পুন্সি

হায়বা ঙমদেদা

কৈদৌঙৈ লোইনি মতম

মা'ই হি লাক্তিদা।

এপ্রিল ১১, থাংজ, শজিবু পূর্ণিমা, বসন্ত রাস

## বসন্ত রাস

শাবোনে জগোয়

ঐগী ইতৌ তম্লোনে

খোংলগে বাঁসী।

মখল্লী তাং

## থকমিন্নবা

নাহে খোঞ্জেন্নি

লেকথনৈ পেনমনবদৈ

পন্দোম লোম্লরে।

মখল্লী তাং

## পুন্সি কুম্মৈ

শান্নবা হৌরে

শিদ-নাদয়াই লোয়না

নুংঙাইমিন্নরি।

এপ্রিল ১২, নোংমাইজিং, শজিবু ১৫

## ঈরাং হৌরকপা

মিৎনা পাদোংলি

নুংঙাইরি লৈরাং নোম্লক ...

লমহেল্লি পৃক্লিং।

এপ্রিল ১৩, নিংথৌকাবা, শজিবু [illegible]

মরু [illegible] চোংলকপা য়েন্নিং

## শিরসু মশা নাদ্রি খুম্বা

শুমহৎ কৈথেলনি
ওইদবনা পীক খল্লি
মীনম থৈ খূদিং।

মথঙ্গী তাং

## মিৎতা মরাল শীগনু

উহল্লু মিৎতা
কনানা খঙুই মহাক
লাপে উমিৎতি।

এপ্রিল ১৪, লৈবাকপোকপা, শজিবু নিনাওবা

## মোটো মাইল ষ্টোন

লম্মুক্রদে ঐ
মশা লম্মুক্রবগুম
চৎলি চৎলিগুম।

মথঙ্গী তাং

## ঐবু ছন্দোক্রমগনু

তূম্মনা লৈবে ঐ
থৈরগা চৎখিনু ঐ
ইতাঙ-হাণ্ডলে ঐ।

এপ্রিল ১৫, যুমশকৈশা, শজিবু ১৮, শিলহেনবা

## নঙনা উবগুম

উইনে নুংমিৎনা
নঙনা কুম্ফা শাম্লবা
মম্মোই খাদংনা।

মথঙ্গী তাং

## মসিরা নঙগী নগুণ

• নংবু লৈরবনে
মথং-মথং 'সুম খল্লি
উত্তম ফংডুমদে।

এপ্রিল ১৬, শগোলশেন, শজিবু ১৯

অকাংবা উপালদা চোংলকপা য়েম্নিং

## মীনম্বা লাই

ঐদি থাগৎলোই
মপু শাবা লাই ফন্তে
মীনম্মী মখোয়।

মথঙ্গী তাং

## লোম্বুনা লৈখ্রে

অচুম্বা মাঙখ্রে
অহাঙবা মাদুনা থি
চঙখি থম্মোইদা।

এপ্রিল ১৭, ইবাই, শজিবু ২০

## মসিরা নঙগী শক্তম

ফন্নি তুম্মিন্না
থম্মোই কাখৎনুংদা নঙ
নুংদা উরিবা।

এপ্রিল ১৮, থাংজ, শজিবু ২১

## পূক্লিং তম্বিবা থব্রায়

হে অশিংবা তাউ !
অয়ুকপু নুমিদাংলা
তাউ ! খোঙথাং মখোল।

মথঙ্গী তাং

## তালিবানগুম্বশিংদা

তমথীবা মীশিং !
নখোয় অচুম্বা চৎপ্রা ?
অচুম্বা খঙব্রা ?

এপ্রিল ১৯, নোংমাইজিং, শজিবু ২২

## ব্রাখল হোংলকপা

পাইনীংলক্লে ঐ
মতম চূপ্লে তুমদ্রিঙৈ
লাইরৈবাক তম্মা।

এপ্রিল ২০, নিংথৌকাবা, শজিবু ২৩

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## অবতার

মহাক লাক্লম্মী
কাংশি খোঞেল নিল্লম্মী
খোঙ্গুল মুত্তরি।

এপ্রিল ২১, লৈবাকপোকপা, শজিবু ২৪/২৫

## মাগী মফমদা

লাল্ল মপুদো
মকোক নোল্লি ঐঙোন্দা।
চঙজৈ কিদুনা।

মথঙী ভাং

## খোঙদোইরকপা

মালংনা হুল্লি
উনাশিং লেঙ-লেঙ চৎলি
খঙই ! নঙ লাক্লে ।

এপ্রিল ২২, মুমশকৈপা, একাদশী

## লাৎচগে

নঙ কূমথরক্লে
ঐ খঙই নঙগী নথৌ
শেন্নজগে নঙ।

এপ্রিল ২৩, শগোলশেল, শজিবু ২৭, খোংজোম ডে

## নঙগী মরম ইরিবা

হায়য়ুনে নঙবু
করম্বা ধর্ম্মে লাইরিক
মপুং ফাবগে?

মথঙী ভাং

## মাবু কাউরুবা

অকাউ পরৈনে
কাউজল থীবা মীনিনা।
মহাক্তি লৈরি।

এপ্রিল ২৪, ইরাই, শজিবু ২৮

## য়াম্না ব্রারৌজনা

কাউথোক্লুরে ঐ...
লাইশিং ইনাক্তা লাক্লে
কপ্লক্লে মখোয়।

এপ্রিল ২৫, থাংজ, শজিবু ২৯

## গীতাবু শীংথাজবা

চারুলাউ নখোয়
জ্ঞানগী মুল্ল-উহৈনি
ঈংহল্লি মালেম।

এপ্রিল ২৬, নোংমাইজিং, শজিবু থাশি

## দ লাস্ট পোস্ট

তেংথারি ঙসি
মিৎস্না লাইজ তরঙ হৌ
শক্লি শৈরোইশৈ।

এপ্রিল ২৭, নিংথৌকাবা, কালেন ১

## নুংশি নুংঙন

ফৃদোংলে মঙাল
জগোয় শারি কুরাক্লা
ঙাওরে লৈরাংশিং।

এপ্রিল ২৮, লৈবাকপোকপা, কালেন ২

## লম্লানবী ওইথ্রসু

খঙহল্লেহি কনা
নীনি থাজ কৌজগে
লোন্না চূপচগে।

মথক্কী তাং

## উদেনা নঙদি

স্নাথোঙ হাংলে
লৈরি খৃদিং নখোঙখা
লাই ! নঙদি কদায় ?

এপ্রিল ২৯, য়ুমশকৈশা, কালেন ৩, অক্ষয় তৃতীয়া

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েম্নিং

## লৈজগে ননাক্তুদা

ঐবু পুবিয়ু
ঈংই হায়নৈ নশাইগোন
হে বাঁসী খোংবা !

**এপ্রিল ৩০, শগোলশেল, কাশেন ৪**

## তুংকোইনা

ইরিবনি ঐ
ঐনা শিরবা তুংদা
মহৈ চানবা।

**মথকী তাং**

## মপূকচেল হোংলম্বী

শক্তমসিগীরা !
নশুংলাংগীদমক্তা
পুন্সি কৎলুবা ...।

**মথকী তাং**

## পুন্সিবু খণ্ডলকপা

ইথন্তা হংজৈ
লাল্লব্রা পুন্সিসে
হন্দক মপোক্কী।

**মথকী তাং।**

# মে ১৯৯৮ ইং

কয়াদা নীংথিজখ্রবা
লেঙলক্লে কোরৌ
ঈশৈ শক্তি থোইনীংনা
হরাউরে অয়ূক।
মে ১, ইরাই, কালেন ৫, মে-তে

অরোইবা চৈথে চিংবা
মমখি খণ্ডহৌদে,
পূমণ্ডাল ওাল্লম্মী মৈণ্ডাল
. চাক্লে মৈরালবী।
মে ২, থাংজ, কালেন ৬

থোংলিবা ঈশৈ
লাক্লে সুর নোংলৈ
নীংখায়রক্লি বিনাদৈ
নুংশি থোঞ্জেলনি।
মখন্তী তাং

অশিবগী পাউ লাক্লে
হংলদি মখোয়
নণ্ডগী ঐদি খুমগনি
কান্নদ্রে হৌজিক।
মে ৩, নোংমাইজিং, কালেন ৭

লাইগী পংথৈ লাল্লকপা
পণ্ডকপ্ত কপ্পী
কপকনু হায়বা য়াদে
ঈশ্বরসু কপ্লে।
মে ৪, নিংথৌকাবা, কালেন ৮

## সিবু মীগী পূকচেল্লো

নুংশি হৈতেদা...
ফিজেৎশিং চিংথোকপিরে
মাঙহল্লে ঈজ্জৎ।

মে ৫, লৈবাকপোকপা, কালেন ৯

## লীচৎ

মীসু শানিনা !
মীমাঙ-পূম্মাং নাইরদি
শা করম কৌনি।

মে ৬, যুমশকৈশা, কালেন ১০

## শূপ্নম শক্তি

লিন্দূ ওলহল্লে
হূ চেলহল্লে লৈশেম্বা
ফত্তেদা হে মী।

মথঙী ভাং

## মতম্বু ঙাওহনবা

অরানবা অমা ...
তুম্মিন্না শক্তি ঈশৈ
মতম ফূম্বংনৈ।

মে ৭, শগোলশেন, কালেন একাদশী

## নীংতম্বা

লূপশিল্লি ঈশা
মাঙগী 'শিবৈ ঈরোন্নুং ...
মসিনি হিংবা।

মে ৮, ইরাই, কালেন ১২

## মীরাইবিবদগী

নৌজবী মালেম
খোঙথাং মখোল থোকহন্দে
কপ্পগা চৎলি।

মে ৯, থাংজ, কালেন ১৩

অকাংবা ঈশানদা তোংকাকপা যেন্নি

## অচুম্বা শক্তম

ঐনা হিংলিঙে
উইনে অশিবা শক্তম
নুংশি মায়থোঙদা।

মে ১০, নোংমাইজিং, কালেন ১৪

## মপান নাইদ অপেনবা

নুংঙাই হৌফম্লি
শান্নবিয়ু কল্লক পেন্না
পেনসনু তাইবঙ।

মে ১১, নিংথৌকাবা, পূর্ণিমা, জলকেলী

## শিরবা মতুংগী

লেঙদ্র মিৎয়েংনি
লোইনাইদ্র মাইকৈ তম্লি
পম্মুংফম থিরি।

মে ১২, লৈবাকপোকপা, কালেন ১৬

## হেল্লোই অতোনবী

মপান নাইদে নঙ
ফজৈদকো ফজবী
শক্লাইদেদা নঙ।

মে ১৩, য়ুমশকৈশা, কালেন ১৭

## মৌগী শীংদা চলহনবা

কেল্লক্লে লৈনা
শাৎলি চেরৈশিংদুদি
ফম্লানফম কাদা।

মে ১৪, শগোলশেল, কালেন ১৮

## লৈহৌসনু নুংশি স্মৃতি

নঙ য়াওদ্রবা
শৌদোক্লুনা মাঙগ্রসনু
সভ্যতা খুদিং।

মথঙী তাং

## মোংফমদা

মোংফম লৈকোন্নুং
খূৎশাশিং থিনগৎলকই
শাৎলি লৈবাক্লে।

মে ১৫, ইরাই, কালেন ১৯

## ঐনা কেনগে কেন্দেদা

কেঞ্জরম্মী
হেলোয়গী তন্দল লৈশিং
অয়ূক লাকপদা।

মথক্কী তাং

## মিৎয়েং

লাইজনুংদনি
উরি মপান-নাইদবা
ইমিৎতি পাঙদে।

মে ১৬, থাংজ, কালেন ২০

## মীদগী লাই লাইদে মী

লাই ওইরুরে মা
থম্মোই তনিক-তনিকখি
মী'মুক ওল্লক্লে।

মে ১৭, নোংমাইজিং, কালেন ২১

## ঙাক্লৌ য়াওদ্রবা

কপ্লি তেক্ল-যূম
শীম্থরক্লি পিরাংনা
লাইজ কঙাওনৈ।

মে ১৮, নিংথৌকাবা, কালেন ২২

## নোকপা

তূম্মিন লৈ ঈপাক
হিমালয় মচী লেঙদে
খাক্ল নোক্লি নোং।

মে ১৯, লৈবাকপোকপা, কালেন ২৩

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## নাইনু কিশি থোক্লবা

মৈ মুথৎলসি
হেনমল্লে থম্মোই চাকপা
হিংমিন্নরসি।

মে ২০, য়ুমশকৈশা, কালেন ২৪

## থম্মোইগী পাদম

ফম্মিন্নে নঙ-ঐ
ঐনা নঙবু খঙলকখি
শিনাইদে নঙসে।

মে ২১, শগোলশেন, কালেন ২৫

## অথূপ্পা ব্রা

য়েংলুই লৈরীক 'মা
উইনে মালেমসি ওইনা
উই, পুম্নমক উই।

মে ২২, ইরাই, কালেন, একাদশী

## অহোংবা লাক্রে

দৃশ্যাদু উরে
উরে ইশানা ইশা
লেঙবা গুল্লে ঐ।

মে ২৩, থাংজ, কালেন ২৭

## ঈরোম্নুংদা

তাউথরি লৈচিল
হৌই ঈরাং ঈপাক্লেন
লূপশিল্লি লৈচিল।

মে ২৪, নোংমাইজিং, কালেন ২৮/২৯, সাবিত্রী ব্রত

## পংথৈ লাম্থোক্লবা

থাদোক্লো ঐবু
পামদ্রে মীওইবৈ শক্লোন
লাইমী ওইরগে।

মঙ্গলী ভাং

## য়াইফরবা নুমিৎ

হৌগৎলে অয়ূক
থল্লে হরাউবা আশা
নোক্লি শৈরেশিং।

মে ২৫, নিংথৌকাবা, কালেন থাশি

## অরোনবা লম্বী তম্মা

হুম্লি মাংলনা
চৎলি থেকখোয় লম্বীদা
লৈতে অরেম্পা।

মে ২৬, লৈবাকপোকপা, ইঙা ১

## পাজসনু লৈহৌবনা

পায়রে চে কলম
ইশিল্লি পূম্সি শৈরেং
ফংলোই পাজবা।

মে ২৭, মুমশকৈশা, ইঙা ২

## কোচি থাংবা অর্থ

ফংনবা থিরি
লৈরে লেম্মা মাঙখিবা
ফংলে অরোনবা।

মে ২৮, শগোলশেন, ইঙা ৩

## চান্নথোইবীদো

পূক্লিংনা ফংলে
মায়থোঙদো ঈং-তপ্পা উই
মা-ঐ খঙনরে।

মে ২৯, ইরাই, ইঙা ৪

## হয়েংগীদমক

কদায় হৌরকফম
খঙদেনা লোইফমদুসু
হিংবদি হিংলি।

মে ৩০, থাংজ ইঙা ৫

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েম্লিং

## মায়া

শরৎ চীক্লি হূই
মঙৌদৈ থোক্লকই ঈ
খঙদে মশাইনি।

**মে ৩১, নোংমাইজিং, ইঙা ৬**

## খূঙ্গাও লৈচাওনবা

ঐনা খোইরি লৌ
নঙগী হকচাং লৌবুক্তা
হুন্নবা মহৈ।

**মথঙ্গী তাং**

## চিল্লোক্লনবা

ইমিৎ মিৎমাঙদা
নঙগী হকচাং লোনবা শো
ইখূৎনা হাংদোক্লি।

**মথঙ্গী তাং।**

# জুন ১৯৯৮ ইং

## শক্তিগী লান্দা

অৱা চৈথেঙনৈ
ইচুম চুম্না লালহল্লি
লাইর-অনংশিং।

জুন ১, নিংথৌকাবা, ইঙা ৭

## থম্মুং লৈবাক কুম্বা তাই

মমিংত ঈ তাই
খুন্নাই অসি তাইফেৎ তাই
মখোয় লূপ্না তাই।

জুন ২, লৈবাকপোকপা, ইঙা ৮

## মপান নাইদ শন্দোক্লসু

নোংজু লৈচিলনি
ঐনা য়েংথৈ চীংদোন্দে
হো, উরে লৈখা।

জুন ৩, য়ুমশকৈশা, ইঙা ৯

## ময়াই কাবা

লূপ্লে ঈরোন্নুং
ওল্লে ঙা, ঙা খুন্নাইদা
ঐখোয় হাত্তোক্লে।

জুন ৪, শগোলশেন, ইঙা ১০

## লাইবক্তি ইশানা

লাম্থেংনৈ ঈরৈ
হোল্লি অকায়বা হিনাও
তোর্ব্বান তল্লি ঐ।

জুন ৫, ইরাই, ইঙা, একাদশী।

## অতিয়াদা মিত্রং

মুশিনগ্রে লৈচিল !
শংবান্নে চীংশাং পরেং
লাইজ ওনগ্রে নোং।

জুন ৬, থাংজ, ইঙা ১২

## সনা অহিংবা মতৌ

য়ে কোরৌ মশেক
মুক্তাগী ঈথক হৌরি
ফুদোঙলে সনা।

জুন ৭, নোংমাইজিং, ইঙা ১২

## শুমহৎয়াই পুবা

লেঙ, লেঙ-লেঙ চৎলি
শান্নে মালং চেন-চোংনা
ফৌনা খোঙনেৎনৈ।

জুন ৮, নিংথৌকাবা, ইঙা ১৩

## অতিথিনা লাকপদা

নত্তে, য়েংউনে:
লাক্লে লাক্লরোইদবা
থনগ্রে মালেমসি।

জুন ৯, লৈবাকপোকপা, ইঙা ১৪

## লম্বোইবা

মথন্তা ঙায়রে
পূন্নমক্তো হন্দোকগ্রে
'মত্তা লৈহৌদ্রে।

জুন ১০, য়ুমশকৈশা, ইঙা পূর্ণিমা, স্নান যাত্রা

## মহৌশা লাইরেম্বী

লাক্লে লম- লৈমা
ঊনাগী ফুরিৎ লীৎলি
ঊরী শেৎ-ইন্নি।

জুন ১১, শগোলশেন, ইঙা ১৬

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## লৈপ্রে লোম্ন-থূপ্না

কুরাকশিং পাইরি
লোইনা শংবানরম্নে
থি, খঙদ্রে মোংফম।

জুন ১২, ইরাই, ইঙা ১৭

## তূম্মিন ফমদুনা

লাই নীংলি নুঙ'মা
অতৈ নুঙশিং লাই ওনগ্রে
ঙাইহিরি লাই ওনবা।

জুন ১৩, থাংজ, ইঙা ১৮

## মিৎম্না

পাইরি মিৎ চেক্লা
শুরু পিশুম উমংনি
নুংশি কায়দোংফম।

জুন ১৪, লোংমাইজিং. ইঙা ১৯

## ঙাঙলে মাগী থজাইসু

ও ! ঙাঙলে কোরৌ !
পূমঙাঙ ঙাঙলে নূজা
মালেমসু ঙাঙলে।

জুন ১৫, নিংথৌকাবা, ইঙা ২০

## অরোইবা শ্বর হোল্লকপা

উরি খূদিংমক:
উমংনা হীক্লা কপ্লি
কংশিল্লকই পাৎ।

জুন ১৬, লৈবাকপোকপা, ইঙা ২১/২২

## থম্মোই মৈচাক কোকহনবা

নঙতবু ঙাইহিরি
নঙতনি থৌরাংলিবা
লাক্লোবা নঙবু।

জুন ১৭, য়ুমশকৈশা, ইঙা ২৩

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## থৌরাংবা কোক্রে মালেম

উবে লোই নাইদ
নেমথবকই অতিয়া
শুমথরে লাংম

**জুন ১৮, শগোলশেন, ইন্তা ২৪**

## হনু লৈমল চল্লকপা

ঐবু কোনশিল্লি
অহাঙবনা নানবিরি
লৈখোক লোয়রকই।

**জুন ১৯, ইরাই, ইন্তা ২৫**

## অহিংবশিং মরক্তা

কাউরোইদ কাউনৈ
মশা হিংলি খঙনদে
শিরে হিং হিংনা।

**জুন ২০, থাংজ, ইন্তা, একাদশী**

## লীথোক্তবা অথূপ্পা

ঐ অশিবনি
অদুনা হিংলিবনি
শিনি, হিংনি ঐ।

**জুন ২১, নোংমাইজিং, ইন্তা ২৭**

## থম্মোই লাইয়ূমদা

হিংলি, ঐ খঙজে।
খঙলম্বা ওম্ম কাউখ্রে
ইরি কাউদবা।

**জুন ২২, নিংথৌকাবা, ইন্তা ২৮**

## অঙকপা মফোঙদোক্তা

পোথারি থবান
মতম নাউদ্র পোৎশক্লি
লেপ্পদনা চৎলে।

**জুন ২৩, লৈবাকপোকপা, ইন্তা ২৯**

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েল্লিং

## লোম্না উহল্লকই

হাইদোক্লি ফিজঙ

ইখূৎ শোক্লকই মানা
উৎলকই থম্মোই।

জুন ২৪, সুমশকেলা, ইঙা, থাপি

## নোং নুংশিৎ নংবা

হাই হুন্নি উমং

নোংদোন তম্না ৱাংখৎলি
পাকথম্রে অমুক।

জুন ২৫, শগোলশেল, ইঙেন ১

## ফংঙমদ্রবা ফংনবা

নঙদি নঙনি

অদুনা, ঐবু কোল্লি
ঐনা ৱৌরাংই।

জুন ২৬, ইরাই, ইঙেন ২, কাং চিংবা

## শমায় লৈশ্রে মথোক কারকপা

হৌখি নোং' নোংমা
পুন্সিনা চৎলি লেপ্ত
নকশিল্লি মোংফম।

মথৱী তাং

## লাক্লে অনৌবা মঙাল

ঈরাপ্পি থাজ

তাউশ্রে থৱান লাইজদা
মাম্লে লৈকোইপুং।

জুন ২৭, থাংজ, ইঙেন ৩

## তোকচথিনি তল্লগা

মীৱা ঙাঙনবা ...

ঐদি শুকতা তারোইদা
ঙাঙনীং ঙাঙসনু।

জুন ২৮, নোংমাইজিং, ইঙেন ৪

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## লম্লানবী

চাক্লে নঙগী মৈ
নুংশি মৈশা লাংলে ঐ
কৃমথরক্লো নঙ।

জুন ২৯, নিংথৌকাবা, ইন্নেন ৫

## লৈচিল মরক্তা

নখোয় কেনরি
থম্মোইসি লৈতাহন্ত্রে
নোংজু লৈচিল থায় !

জুন ৩০, লৈবাকপোকপা, ইন্নেন ৬

-----

# জুলাই ১৯৯৮ ইং

## কোক্লনি ঈগী মনম

শৈশকপা কবি !
তারে ঐ নঙগী ঈশে
শোয়দ্রে নীংতম্বা।

জুলাই ১, য়ুমশকৈশা, ইতেন ৭

## লাংবন খোইহী তৈবশা

মীচম হাৎপিরে
নশিখোংদা তাইনরে
অদুরা লানহৌ ?

জুলাই ২, ইতেন ৮

## ঙাওরে ঙাওরে খূদিংমক

মঙ্গুম্বা চৎনৈ
কপ্লে মাবু নীংশিংদুনা
ঙাওরে য়ূম্বুবী।

জুলাই ৩, ইরাই, ইতেন ৯

## লমল খুমগে ব্রাশক্রি

নৌর থম্মোইহনি
কনশিল্লে থৌদু নুঙগুম
কম্না হৈত্রে মা।

জুলাই ৪, থাংজ, ইতেন ১০

## লংফৈ চৎপা

নোংজুই অহিংনি
ভূম্নি মিং পাঙনা পাঙনা
লেক্রে উখাদা।

জুলাই ৫, নোংমাইজিং, ইতেন, একাদশী

## কনাদা ওইরিগবা

থামম্ অহিংদা
মতম কায়না য়েন খোংলক
তায় নোংমৈ মখোল।

জুলাই ৬, নিংথৌকাবা, ইঙেন, শ্রীহরিশয়ন

## অচুম্বগী মনা

মকুসু খোংখি
অহিংদো লেল্লে ঝানা ...।
ও ! মা শিরবা ।

মথঙ্গী তাবং

## মমালৈবাঙ্কীদমক

অহিংসে চীকই
হংঙোই খোংদ্রে পৃথ্রিদো
লোৎলি লানহৌবা।

জুলাই ৭, লৈবাকপোকপা, ইঙেন ১৩, মিলাদ-উন্নবী

## কিজরক্তুনা

হে মী ! চানবীয়ু
হায়জেনে শিদবনা।
ঐনা নোক্লম্মী।

মথঙ্গী তাং

## লাইশাবশিং নেক্তুনা

হায় ! নঙনি মপু !
অফ-শাবা ঝারেমশিং
ইহনখি নৎত্রা?

মথঙ্গী তাং

## খোম্লাং ইখৌলাংলি

চুবা'ই ভৌর শম...
য়ৈরী অয়ূক মশেক্লা
পৃক্লিংদি হন্দ্রি।

জুলাই, ৮, য়ুমশকৈশা, ইঙেন ১৪

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## অনৌবা মঙাল লাক্লবরা

অঙৌবা চেক্লা !
পাইথরকউ খূবাক থক
তম্মু নীংতম পাউ।

জুলাই ৯, শগোলশেন, ইঙেন, গুরু পূর্ণিমা

## সনা লৈবাকসিদা

ইমা লৈবাক !
নঙগীদমক হিংলি ঐ
নীংতম ঈশৈ শক।

জুলাই ১০, ইরাই, ইঙেন ১৬

## লিংজেন মাম্নবা অমসুং মীতম্বাল

পূনশীনখ্রে জর্মন।
নোংদম খূশিল তমঙমদে
কায়খ্রে রসিয়া।

জুলাই ১১, থাংজ, ইঙেন ১৭

## অমাঙ্গোয় তাম্নবী

চেল্লি অঙাংগুম
নীংশিং নীংশিং অদুঙৈ
শান্নে লম্পাক্তা।

জুলাই ১২, নোংমাইজিং, ইঙেন ১৮

## কনা খঙহন্দ

খোঞ্জেল 'মা তারী
ওইরম্মী ঐবু কৌবা
মানা য়াম' লোন্না।

জুলাই ১৩, নিংথৌকাবা, ইঙেন ১৯

## কৃষ্ণ শাবা

মঙাল ফাওরকই
শান্নে শান্নবে 'নুংদা
ওইরে কৃষ্ণমক।

মখধী তাং

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## শেন্নজৈ হনখিনবা

ঈপান থা লাক্লে
পাইরক্লে ঙানু থঙোং
ব্রাজৈ লম্ফেল পাৎ।

জুলাই ১৪, লৈবাকপোকপা, ইঙেন ২০

## থাদোকপিয়ু মখোয়বু

থাক্লি লাং মপৈ
ঙাইরি থঙোং পাইথবা
থুম্রে চেক্লাশিং।

মথকী তাং

## মথঙলেন কায়নরবী

নোংগৌবী খোংলি
মথন্তনি মথন্ত ...
কুপ্লি লাঙ্গোল চীং।

জুলাই ১৫, য়ুমশকৈশা, ইঙেন ২১

## খৌগংনহল্লম্রে

পাইরক্লে লৈচিল
কুপশিনম্রে লাঙ্গোল চীংদোল
তারমদ্রে নোংদি।

জুলাই ১৬, শগোলশেন, ইঙেন ২২

## মথব্রায় কৎসনু

উই ঙাঙল খোঙ্গুল
তাখি নোংমৈ কাপ্পখোল ..
আ ! হিংসনু মা।

জুলাই ১৭, ইরাই, ইঙেন ২৩

## মন্দির কাংশি খোঞ্জেম্মা

হায়খি নাপ্পদা:
'তৃস্মিন লৈয়ু লাই মচা'
ও ! ঐনা লাউখি।

জুলাই ১৮, থাংজ, ইঙেন ২৪/২৫

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## ধর্ম্ম

লম্বীদি য়াম্মী
চৎনীংবতা চৎসনু
য়ৌফম 'মত্তনি।

জুলাই ১৯, নোংমাইজিং, ইঙেন ২৬

## উপায় লৈত্রে লৌমী

লৌমীসে ঋারে
লৌ উদবসু য়াদে
চান'সু লৈতে।

জুলাই ২০, নিংথৌকাবা, ইঙেন ২৭

## মরৈবাক নীংবা

খোইরি লৌ খোইবা
নীংশিংলি: 'পৃথ্বী থাক্লি'।
মশা কল্লকই।

জুলাই ২১, লৈবাকপোকপা, ইঙেন ২৮

## নখোয়গীদমক

উচেলসি' তিল্লু !
নখোয় ঋারে শঙজবা
তুরেল ওইরে ঐ।

জুলাই ২২, য়ুমশকৈশা, ইঙেন ২৯

## শোঞবা

ঐখোয়' ইরক্তে
চৎলি তাক্লমদ চৎখি
নীংঙমহৌদেদা !

মথঙ্গী তাং

## নুংশি মকাদা

চৎলোকো মরূপ !
তম্বিয়ুকো ইপাউসু :
য়াইফরি হায়না।

মথঙ্গী তাং

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## খঙলক্লে অরোনবা

ঐঙোন্দা নঙ লৈ
লৈতে নঙোন্দা ঐহাক
লৈনি শির-ফুঃ

জুলাই ২৩, শগোলশেন, ইঙেন, থাশি

## লেঙলক্লে শিদবা

শেংহল্লে লম্বী
তৈথোক্লে শম্বীনা ৱাই
খোঙ্গুল পরেং তাই।

জুলাই ২৪, ইরাই, থৱান ১

## লৈবাকসিগী লানহৌ

শৈরেং ইনরি
মমিৎপাঙহনবা পান্নে
পাঙ ভুদি যাদে।

জুলাই ২৫, ইবাই, থৱান ২

## হনুরক্লে

হনুবে মঙাল
হনু মনম নম্লক্লে।
কোম্বরে মম্বাং।

জুলাই ২৬, থাংজ, থৱান ৩, শ্রীশ্রীগোবিন্দ ঝুলন হৌবা

## সমুদ্র

লৃপ্পি ঙম্নমক
পেন্নাইদবী ঈরোন্নুং
মাদি চোকথদে।

মখক্কী তাং

## থুগায়নরক্লে অমাং-অশেংগী পল

চৎনরোল কায়ত্রে
অমত্তা ওইরে হৌজিক
খেন্নবা লৈত্রে।

জুলাই ২৭, নিংথৌকাবা, থৱান ৪

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## লাই ওল্লক্রে

চৎলে নুঙ'মূর্ত্তি
চানীংবতা চারে মা
ইনাক য়াম-খুল্লে।

জুলাই ২৮, লৈবাকপোকপা, থব্রান ৫

## শেলগীদমক ফাবিগ্রবা

তারি না থাঙ্গৎ
তৃমদবনা খুইরে মিং
ঙাইজৈ মপুরোই।

জুলাই ২৯, য়ুমশকৈশা, থব্রান ৬

## বিশ্বকর্ম্ম

তোল্লবা অমা
মা, থবক কন্না শূরী
হিংজননব'।

জুলাই ৩০, শগোলশেল, থব্রান ৭

## উরি মায়থোঙদা কৃষ্ণ

চারি উখাদা
চেজেৎ মৈরী মঙান্দা
মা'ই কনা লৈত্রে।

জুলাই ৩১, ইরাই, থব্রান ৮

# আগষ্ট ১৯৯৮ ইং

## লায়নাগী মহীক মপৈ

চিল্ল কৈথেন্দা
য়াল্ল মীয়াম কাখৎলক
মল্লে মৈখূনা।

আগষ্ট ১, থাংজ, থব্রান ৯

## মরূপকীদমক

থরোদি শাত্রে,
থাদি থোক্লি নীংঙমদ
মালংনা রাজৈ।

আগষ্ট ২, নোংমাইজিং, থবান ৯

## নাম্হোকপা ঙমদবা

শাৎলি কুন্দালৈ
অমম্বা চুশিনখ্রে লৈ
অহিংনা নোক্লি।

আগষ্ট ৩, নিংথৌকাবা, থব্রান ১০

## থৌজালবিবা

অশিবনা হায়:
'নঙবু শোক্রোই ইখূৎনা'
য়াইফরি ভক্ত।

আগষ্ট ৪, লৈবাকপোকপা, একাদশী, য়াইথী ঝুলন থৌবা

## ঈতিনফম ঈরোং

চেষ্থে লকানুং
য়াইহী মীতম ঈচেলনা
তিনখি ঈরোন্নুং।

মখকী তাং

## তমজনফম

জপান জর্মনি
হৌগৎলক্লে উৎতগী
খূৎতুম শীংলক্লে।
আগষ্ট ৫, মূমশকৈশা, থব্রান ১২

## মথব্রায় হিংননবা

সিফায়না কোয়রে
তাউরি লাইজথক্তা যূম
লোৎলি মীরোৎশিং।
আগষ্ট ৬, শগোলশেল, থব্রান ১৩

## লৌথিবা

ঙংনৈ, ক্রুং ক্রুং, স্বী...
লান পাম্নে, লূপত্রে শান্তি
ঙাওরে, হূই 'ঙাওগুম।
আগষ্ট ৭, ইবাই, থব্রান ১৪

## ভক্ত

হৈবে মরায়বক
নঙদি চৎপীদে মনাক
লেপলি খুরুম্বা।
আগষ্ট ৮, থাংজ, পূর্ণিমা, ঝূলন হৌবা

## পোলুসন

নোং চুথরক্লে
লৈতে থক্ল-ঈশিংদি
হূ ঙাক্তনি, হূ!
আগষ্ট ৯, নোংমাইজিং, থব্রান ১৬/১৭

## লোক্লুংদা তাবা নুঙজাওদা

কদায়নো পীয়ু
মতম ওম্ন-লমজৈদো
লৈব্রনে নঙগী ?
আগষ্ট ১০, নিংথৌকাবা, থব্রান ১৮

অকংবা উপালদা চোংলকপা মেম্নিং

## পংখৈ নাইবা

পংখৈ নাইরমদে
থায়নঙৈ সমুদ্রদো
নাইরে হৌজিক্তি।

**আগষ্ট ১১, লৈবাকপোকপা, থৱান ১৯**

## ড্রকোনিয়ান

গুহা'ই তাইবঙ লৈ
অকনবনা নিংথৌ ওই
চুমচৎ হাত্তোকই।

**আগষ্ট ১২, য়ুমশকৈশা, থৱান ২০**

## লৈঙাঙ ফিজেৎনবা

কৈদৌঙৈনোনে
মাগী মায়খুম কেনদৌবা
ঈশ্বর লৈত্রবা ?

**আগষ্ট ১৩, শগোলশেন, থৱান ২১, অথৌসশিংগী নুমিৎ**

## অকনবা খোল্লাউ

ও ! চুমদ্রে মিৎয়েং
চীহৈ নাইরে চাওখৎপা
ফক্ত্রে সরকারসি।

**আগষ্ট ১৪, ইরাই, থৱানা ২২**

## ব্রাকৎ

বন্দা কৈদৌনি
শূদ্রদি চাবা ফংদে
মীচম ওৎনুদা।

**আগষ্ট ১৫, থাংজ, স্বাধীনতা দিবস, শ্রীকৃষ্ণ জন্ম**

## লাক্লরিবা

শূ-নোম' চৎলিঙৈ
বন্দদা লায়রবা চৈ চায়
চারাসু হেল্লে।

**মখক্কী তাং**

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েম্লিং

## হেক হেক কূমথরকপা

লাকই নঙ হেক-হেক
মী মশেল নুংশিনদঙে।
নঙলনে বাবা ?

**মথঙী তাং**

## ঈরাজনীংবদা থোঙ্গ্রা তেকথরকপা

সিফায় ফিজোল শেং
লূট তৌরি গুন্দাশিংনা
য়াওগ্রে লামীসু।

**আগষ্ট ১৬, নোংমাইজিং, থৱান ২৪**

## ঈফূৎ

মঙাল মথাদা
নুঙদৈ ঈফূৎ থোক্লক্লি
মায়থোঙ মোমোন্নে।

**আগষ্ট ১৭, নিংথৌকাবা, থৱান ২৫**

## ক্রিয়েসন

মীসে লৈবাক্লি
লৈবাক্তে মী পোক্লকই ..
ঈশ্বর তূম্মিন লৈ।

**আগষ্ট ১৮, লৈবাকপোকপা, থৱান, একাদশী**

## অমর ফংবা

চঙগ্রে অশিবা
অহিং অমম্বা লক্তা
ফূরা ওল্লকই।

**আগষ্ট ১৯, য়ুমশকৈশা, থৱান ২৭**

## মন্ত্রনি শৈরেং

ইরি মাগী মাঙ
'খোরি খোরাঙনি শৈরেং...'
ও ! ঐনা য়াদে।

**আগষ্ট ২০, শগোলশেন, থৱান ২৮**

## খৌগংনবা

মংই, নোংসু তাই
লাইজ 'মত্তদি লৈতে
কংলে লৈকোয়পূং
আগষ্ট ২১, ইরাই, থব্রান ২৯

## পুন্সি লম্বী চৎনবা

উই শক্তম কয়া
অশি-অচণ্ড মরক্তা
মখোয় ব্রাশক্লি।
আগষ্ট ২২, থাংজ, থব্রান, থাশি

## ঈরাংনা থূম্নাৎলবী

শৎকায়বে থম্বাল
শিঙ্খে লৈহি লৈয়োম্দে
নোঙ্গক্কে কন্যা।
আগষ্ট ২৩, নোংমাইজিং, লাংবন ১

## লৈরম্নবসু

লাইরৈবাক থিরুই
য়েংলুই গঙ্গা তোন্বন্দে
য়াম্না তাম্নম্মী।
আগষ্ট ২৪, নিংথৌকাবা, লাংবন ২

## পীয়ু মদুগী সাক্ষী

কদায়দা চৎলি
করিগী থাদোক্লি ঐ
লেঙদে হায়দায় নঙ।
আগষ্ট ২৫, লৈবাকপোকপা, লাংবন ৩

## মতমগী শক্তম

পোককায়খি মরূ
লেপ্লি মায়রোং য়ানা বট
ওইরে মা মতম।
আগষ্ট ২৬, য়ুমশকৈশা, লাংবন ৪

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## মাঙদনুংদা মাঙখিবা

হল্লক্লে মতম

মফম লোৎশ্রে তরঙনুং

চাইখায়শ্রে তরঙ।

আগষ্ট ২৭, শগোলশেল, লাংবন ৫

## মফম মতম অহাঙবা

থবায়সি হাঙই

অহাঙবসি মতমনি

মতম্মা মফম।

আগষ্ট ২৮, ইরাই, লাংবন ৬

## হঙ্জিল্লকপা

পাইরক্লে চেক্লা

মোংফমগী উতোলশিংদে

তোংলৈ মহুমথক।

আগষ্ট ২৯, থাংজ, লাংবন ৭

## শান্তি লৈত্রবা লৈবাক

পাইরক্লি খুনু

লানহৌ নুংশিৎ কন'শীৎলি

নীক্লি মীচমশিং।

আগষ্ট ৩০, নোংমাইজিং, লাংবন ৮, রাধাষ্টমী

## লাই তোংবা

লাই ! শঙনুং নিল্লে

তাউ ! লৈ, ধূপ, মৈগী ঈশৈ

থাম্বশ্রে ভক্ত ।

মথক্তী অং

## হাত্তোকপিবা

মৈশা ফাওরম্মী

ঈদা লুপ্লিবা হকচাং ...

ফমজিল্লক্লে ঈ।

আগষ্ট ৩১, নিংথৌকাবা, লাংবন ৯।

# সেপ্তেম্বর ১৯৯৮ ইং

## তাইওম্নবা

পারা 'মা তম্লে...
মখোয়না চৈরক্লম্মী
ঐনা থাগৎলি।

সেপ্তেম্বর ১, নৈবাকপোকপা, লাংবন ১০

## নখোয়গী নরক্তা

ঐবু হিংহল্লু
ইমিংদা মীবা ঙাঙনৌ
লোইনাইদসনু।

সেপ্তেম্বর ২, য়ুমশকৈশা, লাংবন ১১, হৈক্রু হিদোংবা

## ঈরম থিরি তুরেলগুম

হোল্লি পুল্লি হি
মায়োক্লে নোংলৈ-নুংশিৎ
হিংলি হৌজিক ঐ

মথঙী তাং

## ঙাইবা

ইতোমতা কপচৈ
মালংনা লিরি হুন্নি
লাক্লে চান্নবী।

সেপ্তেম্বর ৩, শগোলশেন, বাম্মন অম

## মোন্দ্রং শান্মজরিঙৈ

কৌবিরকনু
ইথক্লা নোকচরিঙৈ
কপহনবিরনু।

সেপ্তেম্বর ৪, ইরাই, লাংবন ১৩

অকংবা উপালদা লেংলকপা য়েনিং

## মঙগী লাইব্রেরী

থাসু থোকসনু
অহিংসু থেঙজসনু
নঙতা চৎখিনু।
সেপ্তেম্বর ৫, থাংজ, লাংবন ১৪

## নগুংলাংগী

ঐ লৈরিদনা
হল্লক্তসনু খূদিং
তাহল্লোই পিরাং।
সেপ্তেম্বর ৬, লোংমাইজিং, পূর্ণিমা

## অশেংবা মমা

'চাবোক্তবীদো
কোঞ্জে মচাবু চেজেৎ
য়োকচৈ নুংশিনা।
সেপ্তেম্বর ৭, নিংথৌকাবা, লাংবন ১৬, তর্পন হৌবা

## চেকশিলহৌদবা

ঐনা ইশাদা
শিন্নখি শেংল পুন্সি
অদুবু, মাঙখ্রে।
সেপ্তেম্বর ৮, লৈবাকপোকপা, লাংবন ১৭

## ঐবু নীংশিংবিয়ু

তূমপক তাশিল্লে
লোৎলে নথম্মোইনুংদা
ঙাইহরি হৌদোকপা।
সেপ্তেম্বর ৯, য়ুমশকৈশা, লাংবন ১৮

## মীওইবৈ থম্মোই

নত্তে মালেমথক
লৈতে নোংদোন্দা স্বর্গ
থম্মোইনুংদনি।
সেপ্তেম্বর ১০, শগোলসেন, লাংবন ১৯

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েদিং

## পূক্নিং হুবা

শাৎকায়রক্লে লৈ
চূপ্রে মঙালদা লৈচু
    মালংদা লৈনম ..।

সেপ্তেম্বর ১১, ইরাই, লাংবন ২০/২১

## মায়োক্নবা

ঈথক ঝাংলকই
থেংনৈ নুজাই ঈথক্কা
    কিদ-মশেন্নি।

সেপ্তেম্বর ১২, থাংজ, লাংবন ২২

## ফংঙমদববু থিবা

কোরৌ লোৎখ্রেনে
মালেমগী থরক্কুদা...
    অমম্বনা থি।

সেপ্তেম্বর ১৩, নোংমাইজিং, লাংবন ২৩

## লৈশেম্বা মপু

মরৈ য়েৎনরি
লৈশেম্নে কুনলক মালেম
    ঈশ্বর তূম্মিন লৈ।

সেপ্তেম্বর ১৪, নিংথৌকাবা, লাংবন ২৪

## ছন্দোক্রমদে কনাসু

মীনুংশি খঙদে
লেপ্তনা চৎলি মতম
    চীকথৎলে খূদিং।

সেপ্তেম্বর ১৫, লৈবাকপোকপা, লাংবন ২৫

## ইশানা ইশানুংদা

পোকপা চঙ শি চঙ...
উরু-রু লৈ, কোক ঙাওই
    লৈ ইশা 'নুংদা।

সেপ্তেম্বর ১৬, য়ুমশকৈশা, লাংবন, একাদশী

## ফোঙদোক্তবা অরোনবা

মাবু থিরি ঐ
হাইদোক্লি থবানমিচাক
ফংদ্রে লাইরৈবাক।

সেপ্তেম্বর ১৭, শগোলশেন, লাংবন ২৭

## পলেম মানা মরূম্মী

নোংদম্বা ! খঙউ !
ঐদি নঙনা শেমখিদে
ইমা কাউদ্রি ঐ।

সেপ্তেম্বর ১৮, ইরাই, লাংবন ২৮

## ভীষ্ম

হীপ্লি তেনজিন্থক
ঙাইহিরি শিনিংবা মতম
শীংনৈ 'শিবগ:।

সেপ্তেম্বর ১৯, থাংজ, লাংবন ২৯

## অকাউ পরৈনখিবা

মমগ্রে নীংশিং কা
কাউরে, অকাউবৈ কাচিন
চঙ্‌লুই, কাউথোকগ্রে।

সেপ্তেম্বর ২০, নোংমাইজিং, তর্পন লোইবা

## নুংশি শাগোম্নরিঙৈ

লোনবীনা হায়:
'হিংবগা লাম্ছেংনৌ নঙ'
খুৎতুম শীংলে ঐ।

সেপ্তেম্বর ২১, নিংথৌকাবা, লাওয়েন হৌবা

## লাইগী পুস্সি

নুংঙাইবতা থি
হিংবদে হেন্না হিংবা
য়াবা লৈতবা।

সেপ্তেম্বর ২২, লৈবাকপোকপা, য়েরা ২

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েম্নিং

## অচুম্বা পাউদম

তূম্মিন লৈরে মী
লাউরি অশিবসিনা
থবায়না কপ্লি।

মথক্কী তাং

## নীনিগী থাজ

খুমজিল্লি মায়থোঙ
মুর শন্নাং মপৈনা
লোন্না য়েংলকই।

মথক্কী তাং

## হাংদোক্লো অমম্বে থোঙ

ঙসিমক ! নত্তে
লাই উনবৈ লাইরাদি
শোল্লে হৌজিকমক।

সেপ্তেম্বর ২৩, য়ুমশকৈশা, মেরা ৩

## হাম্বিরগে নখোঙ

অত্তে হৈজদে
সেবাদনি হৈজবা
মীয়ামগী সেবা।

সেপ্তেম্বর ২৪, শগোলশেল, মেরা ৪

## নঙগী মরম

নঙনা তম্বিরে
লোইবা নাইদ' অরোনবা
অদুনা ইরি।

সেপ্তেম্বর ২৫, ইরাই, মেরা ৫

## থব্রায়না পোম্থ ওইনবা

লাম্থোং শীল্লে ঐ,
ঙাইরে লাম্থেংননবা
নীংতম্নবৈ লান।

সেপ্তেম্বর ২৬, থাংজ, মেরা ৫

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েম্নিং

## ঈরাৎপা

নুঙগুম য়াইথিল্লি
লৈরাং লৈরক্তা বিষ্ণু
কপচৈ তক্তনা।

সেপ্তেম্বর ২৭, নোংমাইজিং, শ্রীদুর্গাবতী

## লাইয়াম্মা কৌরি

হৌরে লৌশিং উ
পাল্লে অমুবা উহৈ
চাররো হে মী।

মখল্কী তাং

## লাইওইরবা নুঙ

ঙাঙনীংখি নুঙলাই
য়াম' লোন্না পাউখুম্লকই:
'ঐ লৈ, 'সিদা লৈ'।

সেপ্তেম্বর ২৮, নিংথৌকাবা, মেরা ৭

## ঈজ্জৎনা মরুনি

কনাই অঙংনো ?
... চেনখ্রে চেনখ্রে মমাদো।
ও ! হুন্দোক্লম্লে।

সেপ্তেম্বর ২৯, লৈবাকপোকপা, বরযাত্রা

## অরোনবা থৌরাং

লাইনা চানবিরে
কনা খঙহৌদ্রে থৌরাং
হায়দোক্ত্রে কনা।

মখল্কী তাং

## অশেংবা প্রজা

লৈ দরকার অমা
লৈবাক মচা তাবগী
পূকচেল শেংবগী।

সেপ্তেম্বর ৩০, য়ুমশকৈশা, জননেতা ইরাবোৎকী মপোক নুমিৎ

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## হায়জসনু ওক্তবা

ঙমদ্রে থাদোকপা
পূৎথসনু নঙোন্দা
মাঙসনু ঈজ্জৎ

মথঙী তাং

## ইরাবোৎ

নরায়বক ফৈদা
কংখি ইমাগী পূজা
থাল্লি তুংইন- মৈ।

মথঙী তাং

# ওক্টোবর ১৯৯৮ ইং

## ভাব তারকপা

পঙথরুরে ঐ
বাখল শগোল চোংলকই
পূন্মম মন্নম্মী।

**ওক্টোবর ১, শগোলশেল, কাক যাত্রা**

## মপোক অসিদা

মঙাল ফংলে ঐ
পূক্লিংনা অয়ূক ওইরক
অমম্বা কোকপ্রে।

**ওক্টোবর ২, ইরাই, মেরা ১১, গান্ধী জয়ন্তী**

## শৈরেং ওইনা

ঐগী শৈরেং নুং
অপাবশিংগা লোয়না
লৈগনি ঐদি।

**মথক্কী তাং**

## ভারত জাতিগী মপা

আনোক উপ্প'সি
বাগী চৈশু পায়বসি
মানি বাপুজী।

**মথক্কী তাং**

## ঈশৈ ফাংনবা

ঈশৈ শক্তি ঐ
অথোই-অহেন তান্নবি
খোইনীং লাবগা।

**ওক্টোবর ৩, থাংজ, মেরা ১২**

## তাইবঙদা

ঐদি হায়গনি,
উবিদে হয়াউবসি
মিৎ তাঙলে ঈশ্বর।

ওক্টোবর ৪, নোংমাইজিং, মেরা ১৩/১৪

## শৈরেং হুরানবা

লোন্ন শিন্দোক্লে
হুরে নঙগী শৈরেংশিং
পীবিরো দণ্ডী।

ওক্টোবর ৫, নিংথৌকাবা, মেরা পূর্ণিমা, য়াওশং/কুঞ্জরাস

## লাইগী মতৌগুম

মখোঙ ঊনানা
খল্লকই ঐগী কোকথক
হংলকই: 'ঈংব্রা ...'?

মথক্কী তাং

## চৎলসি

হে থম্মোই কবি !
কদায়দনো চৎলসি
ঐখোয়নী চৎসি।

ওক্টোবর ৬, লৈবাকপোকপা, মেরা ১৬

## ষণ শেনবা

নঙ ' খোংঙু বাঁসী
শাৎহল্লুকো লৈশিংসি
শেল্লু ঐবুসু।

ওক্টোবর ৭, য়ুমশকৈশা, মেরা ১৭

## কনা খঙহন্দনা ই

কলম ঈহৌরকই
ইরি শৈরেং চীনবান্দা
ফজ-মায়থোঙদা

ওক্টোবর ৮, শগোলশেন, মেরা ১৮

## নোং তাহল্লো

হি হোন্দোক্লক্লে
নোংগৌবী ! ঈশৈ শক্লো
ঙা ! ঈরাং হৌরো ।

ওক্টোবর ৯, ইরাই, মেরা ১৯

## তুজুংবা পোকপা

থাজ তারমদাই...
মন্ন মিরুম্না ভূৎ ওই
উচিনা লাই শাই।

ওক্টোবর ১০, থাংজ, মেরা ২০

## মেরাগী থাবলদা

থাজনা চেল্লি
ওইরে লৈচিল অরেপ্পা
নিক্লি উমংশিং।

ওক্টোবর ১১, নোংমাইজিং, মেরা ২১

## লোত্তুনা থল্লগে

নঙগী মিৎয়েংদা
শাৎলে ঐ লৈরাং ওইনা
কৃপশিল্পে ফৃরা।

ওক্টোবর ১২, নিংথৌকাবা, মেরা ২২

## নঙনা চৎখ্রবা তুংদা

ও ! হল্লক্লরোই ..।
মিপাইহৌই ইথম্মোই
থৌদোক খৃদিংদা।

ওক্টোবর ১৩, লৈবাকপোকপা, মেরা ২৩

## শিদ হিদাক

থকই থক্লবা
থকচনিংবা থক্লিংবা
থকখ্রে থকচবা।

ওক্টোবর ১৪, য়ুমশকৈশা, মেরা ২৪

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েম্নিং

## লোম্না নোকহৌসনু

শুনি নুঙদা কোক
ঝানা শিনি মশুংলাং
নোকহৌসনু মা।

ওক্টোবর ১৫, শগোলশেন, মেরা ২৫

## মালেম ঈংননবা

মালেম নাউকোনবী
খুরুমজৈ নুমিৎ থা থরান
লৈশেম্বা মপু।

ওক্টোবর ১৬, ইরাই, মেরা, একাদশী

## মিৎতা উৎ চাইবা

কদায়দৈ ঈংবা !
শাবা ! অশাবতনি...।
ভাব তানমন্দে।

ওক্টোবর ১৭, থাংজ, মেরা ২৭

## নিংথম অয়ূকসিদা

জ্ঞান মাঙলে, ঙাওরে
থক্লে কোরৌ মৈশাই য়ু
ঝাম্বুরে তাইবঙ।

ওক্টোবর ১৮, নোংমাইজিং, মেরা ২৮

## ধ্যান

নুঙ ওল্লে গৌতম
মিৎ পাঙগে খনখি বুদ্ধ
মিৎ পাঙনীংদ্রে মা।

ওক্টোবর ১৯, নিংথৌকাবা, মেরা ২৯

## মঙাল ওইবা তাম্নবা

'ঐনি মঙালসে...'!
'.. নত্তে, নত্তে; নঙ নত্তে
ঐনিনে মঙাল'।

ওক্টোবর ২০, লৈবাকপোকপা, মেরা, থাশি, দীপান্বিতা

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## মতু চোন্নবা মণ্ডাল

মণ্ডাল ফংলে ঐ !
কোয়তাউ তাউদুনা চৎলি
নঙগী মণ্ডালদা।

মথঙী তাং

## হন্দক মপোকসিদা

ই নঙগী মরম
ইরাইবক্লা ফংজগে
হে কবি ওইবা !

ওক্টোবর ২১, য়ুমশকৈশা, হিয়াঙৈ ১, গোবর্দ্ধন পূজা

## গিরিধারী

থাঙ্গৎলি চীংদো
খূনাওবী মতোল থক্তা
নত্তে খূদোনবী

মথঙী তাং

## ওইনচাওবী

মা-ঐ শাউনরক
নীংশিংলি লূহোং-নুমিৎ
ঐ মাবু থেন্নি।

ওক্টোবর ২২, শগোলশেন, হিয়াঙৈ ২, নিঙোল চাকৌবা

## শকয়েং মিংশেল

নুপাগী শক্তম
তারি নুংশি মায়থোংদা
গুক্কি নুপীনা।

মথঙী তাং

## মপুম থীৎথৈ শাউহনবা

কবি ইবোইশক !
ঐবু শাউনা চৈবিয়ু
নঙগী শৈরেংদা।

ওক্টোবর ২৩, ইরাই, হিয়াঙৈ ৩

## খোঙ্গুল লীবা

যুগ কয়া লোইখি
শক্লোন'মা ওইরকই যুগ
হয়েংনা ঙাইরি।

মথঙ্গী তাং

## লময়ানবা কবি

শৈরেংসি চম্মী
অর্থদি য়াম লুহল্লি
কবি নীলকান্ত !

অক্টোবর ২৪, থাংজ, হিয়াঙ্গৈ ৪

## নাইতোম চৎপা

নতুং ইন্নরি
নমি খোঙ্গুল লীনবা
মিংগী উফৃল্লক।

মথঙ্গী তাং

## কবি নীলকান্তদা

কপ্লিয়ু ওঝা !
নঙগী 'মণিপুর' পারি
নীংতম লান হৌখ্রে।

অক্টোবর ২৫, নোংমাইজিং, হিয়াঙ্গৈ ৫

## চুরাস্থবগী লৈবাক্তা

মীগী মী ঙাক্লি
কিনীংঙাই লৈতে 'মত্তা
মীনি কিরিবা !

অক্টোবর ২৬, নিংথৌকাবা, হিয়াঙ্গৈ ৬

## অশিবা পুন্সি

মিৎয়েং থৌরে ঐ
লৈশেম্বে মিৎয়েং চূরে
শিনাইররোই ঐ।

অক্টোবর ২৭, লৈবাকপোকপা, হিয়াঙ্গৈ ৭

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## লাক্লম্বা অতিথি

মহাক লাকখিদ্রে
　　হৌখি চোকথর অহিং
তূমদ্রে ঙাইরিঙে।

ওক্টোবর ২৮, য়ুমশকৈশা, হিয়াঙ্গৈ ৮, গোষ্ঠ-অষ্টমী

## হেদো নাহেরকপা

অরুম কন' হৌরে
　　মালেমসি মশা নীক্লে
মাইবা থি, ফংদ্রে।

ওক্টোবর ২৯, শগোলশেন, হিয়াঙ্গৈ ৯

## হিংনবগী লান

লৈরে, শেম-শারে
　　অশিবা থেংনরগে
হিংদবা য়াদে।

ওক্টোবর ৩০, ইরাই, হিয়াঙ্গৈ ১০

## ঙাইরম্মু হায়রম্বা

অহিংসি থেঙদ্রি
　　হেন্দ্রিঙৈ থান্ন' মতম
করম থেঙগনি !

ওক্টোবর ৩১, থাংজ, হিয়াঙ্গৈ, একাদশী

## পংথৈ ব্রাংমদা

নীংখায়গ্রে আশা
　　কোগোক কোক্লা মুনবিগ্রে
মালং ফি শেৎলে।

মথক্কী তাং

---

# নবেম্বর ১৯৯৮ ইং

## মরূপ শান্নবা

শেংল মরূপ্নি
অশিবা মীগা কৃগা
থাদোক্ল ঙমদ্রে।

নবেম্বর ১, নোংমাইজিং, শ্রীহরি উত্থান/কুট নুমিৎ

## ফজথোক্লকপা

মমায় পাকচরে
তারি অশিবৈ মায়দা
মপূং ফাব্যা'মা

নবেম্বর ২, নিংথৌকাবা, হিয়াঙ্গৈ ১৩

## শিরতুংদা নহাক্লা

অচুম্বা ঙাঙই !
হিংলিঙৈনা অরানবা ..
ও ! মহাক শিরে।

নবেম্বর ৩, লৈবাকপোকপা, হিয়াঙ্গৈ ১৪

## কাউরোইদবা কাউনবা

ওইজবা তাগ্নে
অশিবৈ মিং সাক্ষী থম
শিগনি কাউনৈ।

নবেম্বর ৪, য়ুমাকৈশা, হিয়াঙ্গৈ পূর্ণিমা, রাকুকপা/মহারাস

## নুংশি চান্নসি হৌরি

নুংশিবা মপৈ ...
নীংখায়রক্লি পিশুমদৈ
জগৎ শুমহৎলে।

মথক্তী তাং

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## ইয়ূমদা

তারকই তপ-তপ
মল্ল খাঙপোক নোং যুরে
লাক্লে অশিবা।

নবেম্বর ৫, শগোলশেল, হিয়াঙৈ ১৬

## মাবু খাম্বিয়ু

লাকপা, হনখিবা ..
লাকপনি হন্দনবা।
ও ! অশিবদো ...!

নবেম্বর ৬, ইরাই, হিয়াঙৈ ১৭/১৮

## মীওইপোকসিদা

ইথৌ লোইদ্রিনে
লোইনা পাওথোক্লমখিগে
শিনাইহনবিনু।

নবেম্বর ৭, থাংজ, হিয়াঙৈ ১৯

## লম্পাক্তা

শান্নরি অঙাং
মখোয় অবাবা কাউনৈ।
লেঙ্গে মখোয়গুম।

নবেম্বর ৮, নোংমাইজিং, হিয়াঙৈ ২০

## টোটেল কমিটমেন্ট

তিন্নি উফূল্লক
তিনখি মখোয় উফূল্লক
ঙাইরি উফূল্লক।

নবেম্বর ৯, নিংথৌকাবা, হিয়াঙৈ ২১

## মিকুপসিমতং

য়াইফরে অয়ূক
হরাউনরে ঙম্লমক
ফংলে পোকচমল।

নবেম্বর ১০, লৈবাকপোকপা, হিয়াঙৈ ২২

## শেল তানবা

নুঙ- লৈঙোই কোংপী
খুমজিল্লি ঈকায়-ফিরুক
টাটা তোংখৎখি।

**নবেম্বর ১১, য়ুমশকৈশা, হিয়াঙৈ ২৩**

## মী কৌথোক্লবা

য়ু ঙাওরি মাঙ্গ
মৈরা পায়বী থোক্লকই
ঈীংলকই কাং-কাং।

**নবেম্বর ১২, শগোলশেন, হিয়াঙৈ ২৪**

## মীমাঙ থোক্লীংদবা

ঐদি ঈকায়জৈ
থাক্লি ঐখোয় নুংশিনা
মীমান্ন' ঙমদ্রি।

**নবেম্বর ১৩, ইরাই, হিয়াঙৈ ২৫**

## লাইনা শেন্নকপা

ইশাগীতা খন
তোংজৈ মরীলগুম খূরে
ও ! মীগী পূকচেল !

**নবেম্বর ১৪, থাংজ, হিয়াঙৈ, থাশি**

## লৈহৌবনা ব্রাজবা

শিথরে থাজ
চীংখৈ ফিদূপ হুল্লক্রে
কপচৈ থরোনা।

**নবেম্বর ১৫, নোংমাইজিং, হিয়াঙৈ ২৭**

## মনা ফংবা

লেল্লি ইপুল্সি
ঈকায়বনা খূরৌ ওই
চুম্না তৌরুবৈ।

**নবেম্বর ১৬, নিংথৌকাবা, হিয়াঙৈ ২৮**

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## থাম্বা য়াদবা

ওঙ্কোকপনিদা!
হায়নবা'মত্তা য়াদে
পুম্নমক চৎখ্রে।

নবেম্বর ১৭, লৈবাকপোকপা, হিয়াঙ্গৈ ২৮

## ঐবু শেম্নবিরিবা

য়াইফদ্র পুৎজা
ঐগী খোঙথাং খুদিংদা
ইতুং ইল্লক্লি।

নবেম্বর ১৮, য়ুমশকৈশা, হিয়াঙ্গৈ ২৯

## নীংজবা থুংবা

ময়াই কারক্লে
খঞ্জরকপা থুংজরে
পীক থল্লি লৈহী।

নবেম্বর ১৯, শগোলশেন, হিয়াঙ্গৈ, থাশি

## লৌমী অমনা শক্লি

গো গো রি গো গো ..
ষণ-গাড়ী শৈশক তুং-ইন
শক্লি খুলং'শৈ

নবেম্বর ২০, ইরাই, পোইনু ১

## থব্রায়না থিরি

তরঙদা পাইরে
কোইথি-থিরি লাইরৈবাক
লৈত্রে নোংদোন্দা।

নবেম্বর ২১, থাংজ, পোইনু ২

## লাইশক খঙনা নীংজবা

য়ুম্বুবীনা হায়:
'লাই নীংলুনু, ঐ নীংভু'
মা নীংলে, ঈংলে।

নবেম্বর ২২, নোংমাইজিং, পোইনু ৩

## ঈশৈ শকপা কবি

নন্দ হৈক্রু জাম
শকউ নঙগী ঈশৈদো
ঙাওহল্লু লাইয়াম।

মথক্কী তাং

## মশক ফাওবা উজদ্রি

ফা'ঙল্লোই মাবু...
ঙম্লি নীংলুবখক্তং
পুন্সি কক্তুনা।

নবেম্বর ২৩, নিংথৌকাবা, পোইনু ৪

## ফাওরি থম্মোইদা মা লৈ

উঙল্লোই মাবু ..
ঙম্লি খঙজবা খক্তং
মীওই পূক্রিংনা।

নবেম্বর ২৪, লৈবাকপোকপা, পোইনু ৫

## মাগী মঙালদা

লূপচরম্মী ঐ
লুর থম্মোই ঈরেন্দা
শিজননবা।

নবেম্বর ২৫, য়ুমশকৈশা, পোইনু ৬

## ময়াই চম্বা

মায়থীরে অমর
অহাঙবদা তিনখরে
চল্লে অমৃত।

নবেম্বর ২৬, শগোলশেন, পোইনু ৭

## পুন্সি খোঙচৎতা

পুন্সি হি হোল্লি
চেৎহে তুরেল ঈপাক-তম
ঐনা শেন্নরি।

নবেম্বর ২৭, ইরাই, পোইনু ৮

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## মাঙ্গ মকা তম্না

অয়োন'বা তম্বা
মঙাল মশা খপ্পকই
পাইখি নোংইন।

নবেম্বর ২৮, থাংজ, পোইনু ৯

## লেঙদ্রবা ইয়ূম চৎপা

হৌনরোই কনা
চৎনসি চৎনীংলগা
ইতোম-ইতোমতা।

নবেম্বর ২৯, নোংমাইজিং, পোইনু ১০

## মপুগী য়াথংনা

চৎপদি শোয়দ্রে
অশিবৈ নুংশিৎ শিৎলি
হিংলিবৈ মরক। -

নবেম্বর ৩০, নিংথৌকাবা, পোইনু ১১/১২

---

# ডিসেম্বর ১৯৯৮ ইং

### উজৈ অসিতদা মা

লাকই মীরক্তা
থবায় পানবৈদমক্লি
তাইবঙ মপুদো।

**ডিসেম্বর ১, লৈবাকপোকপা, পোইনু ১৩**

### অয়ূক

কোরৌ লেঙলক্লে
ধূপ-থাউমৈ থাঙ্গৎলক্লে
নহাকসু লাক্লে।

**মথক্কী তাং**

### মানা খোঙলেঙলকপদা

'য়েন্নিং হুল্লকই
শংলে অকংবা উপাল
পাইরক্লে চেক্লা।

**ডিসেম্বর ২, য়ুমশকৈশা, পোইনু ১৪**

### অহল ওইশিল্লকপা

পাইরি উরোকশিং
নারুমসু পোক হৌরল্লে
হেল্লি খম্বনবা।

**ডিসেম্বর ৩, শগোলশেন, পোইনু পূর্ণিমা**

### লুম্বু নুংশা-ময়াই

নিংথম অয়ূক্তা
চীংমায়না উইথরকই
শেন্নে মালংনা।

**ডিসেম্বর ৪, ইরাই, পোইনু ১৬**

## পোকচমল মহৈ

কখোক্লি মশা
মঙাল থোক্ল চাক্লি উ
অরোই-মিৎকুপ্লি।

ডিসেম্বর ৫, থাংজ, পোইনু ১৭

## নীনিগী পুন্সিদা

লাঙলি মীওইবা
পুন্সি লম্বী লম্মুক্লে
মম্বনা ঙক্লে।

ডিসেম্বর ৬, নোংমাইজিং, পোইনু ১৮

## লেঙদ লাইশঙ ওইরুবা

ঈশ্বরদি লোৎলি
হায়, থমোয়নুংদা লোৎলি
ব্বারে ব্বামিন্নৈ।

ডিসেম্বর ৭, নিংথৌকাবা, পোইনু ১৯

## অতিথি লাকপা

লৈনা খুরুমজৈ
শীন্থে লীক্লানা পি ওই
অয়ূক্লা ওকচৈ।

ডিসেম্বর ৮, লৈবাকপোকপা, পোইনু ২০

## য়ূম্বাম্নবা

লোইনাইদ্রে ঐসে
অমত্তা ওইরে মা-ঐ
তাইবঙপান শেন্নি।

ডিসেম্বর ৯, য়ুমশকৈশা, পোইনু ২১

## লাইনা হায়জরকপদা

'ঐবু কনবিয়ু
নফমদা লাঞ্জরে ঐ'!
নোঞ্জরি ইকোক ।

ডিসেম্বর ১০, শগোলশেন, পোইনু ২২

## লেঙদবা

ফমজিনখ্রে কোরৌ
মঙালতনি মালেমদা
কাউথোক্লি খূদিং।

ডিসেম্বর ১১, ইরাই, পোইনু ২৩

## শান্তি ফংবা

যন্নাওনি নঙ-ঐ
থক্লি বেদগী শঙ্গোম
ঈংনরে থম্মোই।

ডিসেম্বর ১২, থাংজ, পোইনু ২৪, নুপীলান নুমিৎ

## নুপীলান নীংশিং খুভম

খ্বাঙচেৎ শেৎকৎলে
মুন্নরি নোংমৈ শঙ্গিন
নুপী ! সিফায়গা ...।

মখক্কী ভাং

## মনাক্তা পুশিনবিবা

কুমথরকই নঙ
শৈরেংশিংনা শাৎকায়রি
ফাবিরে ঐবু।

ডিসেম্বর ১৩, নোংমাইজিং, পোইনু ২৫

## কেকু লোৎপী শান্নরি

কনাসু লৈত্রে
শৈরেংশিংসিদি লৈরি
নঙনা'সুম লোৎলি।

ডিসেম্বর ২৪, নিংথৌকাবা, একাদশী

## লেঙদ্রবা মরূপ

মা'উ অমম্বদা
ফংদ্রে কনা অমত্তা
মাদং লৈ নাক্তা।

ডিসেম্বর ১৫, লৈবাকপোকপা, পোইনু ২৭

## ইনাক তম্না লাক্লে

হঙ্গিল্লে খোঙথাং
নঙবু লাকপ্রা য়েংলি ঐ
তায়, নাশোন খোঞ্জেল।

ডিসেম্বর ১৬, মুমশকেশা, পোইনু ২৮

## নিংথমগী অহিংদুদা

মঙ নত্তে তাইবঙ...
নঙনা ইনাক্তা লাকখি
ৰৌরাংবা কোকখি।

মথক্কী তং

## মগুণ

ইমিৎ উইশিল্লি
য়াকাইরক্লে নহাক্না
থম্মোই শাংকায়রে।

ডিসেম্বর ১৭, শগোলশেন, পোইনু ২৯

## মতম চূপ্পে তূমথবা

নঙবু ফংজনি
অদুদৈ তূমথজনি
য়াহৌররোই ঐ।

ডিসেম্বর ১৮, ইরাই, থাশি

## অতোপ্পগী ওইহন্নিংদে

কৈদৈ চোকথবা !
নঙবু থিরি লেপ্পুনা
ঐগী ওইনবা।

ডিসেম্বর ১৯, থাংজ, ৱাকচিং ১

## ৱাশকপা

ঐবু চানবিয়ু
শিনি শিবদৈ হেন্না
নঙনা চান্দ্রদি।

ডিসেম্বর ২০, লোংমাইজিং, ৱাকচিং

## হায়জবা

ঐবু ফংহল্লু
শিনি শিবদৈ হেন্না
নওনা ফংদ্রবা।

মখঙী তাং

## লাই সেবা

নওনা লূক হারি
ফিডৌ খঞ্জিল্লি ঐনা
উজৈ নুং-মিংনা।

ডিসেম্বর ২১, নিংথৌকাবা, য়াকচিং ৩

## মতম ব্রাৎলি

অহিংসি লোইদ্রি
তৃমথখো, তৃমথখোনে...
অয়ূক্তো লাক্ত্রি।

ডিসেম্বর ২২, লৈবাকপোকপা, য়াকচিং ৪

## অহিং য়ারেকপা

নোংঙানগদৌরে
মাদি লাক্ত্রি হৌজিকফাও
থবায় শঙবিবা।

ডিসেম্বর ২৩, য়ুমশকৈশা, য়াকচিং ৬

## ব্রারে ব্রামিন্নবা

পি শিন্থরকই
ইমিৎ তপ্পা উইশিল্লি
মাগা কপমিন্নে।

ডিসেম্বর ২৪, শগোলশেন, য়াকচিং ৬

## য়াথং ইনবা

ইথন্তা লাকই
মাগী মপাউ পূরকই
ইদোম হনখিনি।

ডিসেম্বর ২৫, ইরাই, য়াকচিং ৭, বরদিন

অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং

## অশেংবা ব্রারী

পোক্লক্লে খৃষ্ট
হায়নৈ লাইগী মচানি।
নত্তে, মীগীনি।

মখক্কী তাং

## নাইতোম তাবা

তাসনু নাইতোম
লাকপনি ঐ ইতোমতা
হনখিনি ইদোম।

ডিসেম্বর ২৬, থাংজ, ব্রাকচিং ৮

## ভক্ত অমসুং ঈশ্বর

শরীক খীংলকই,
তৃমথগ্রে কৃষ্ট[১], খৃষ্ট
উহন্দ্রে মশক।

ডিসেম্বর ২৮, নোংমাইজিং, ব্রাকচিং ৯

## লায়েংবিগনু

চিংনজেনে ঐ
মাইবৈ খূৎতা তাখিনি
শৈরেংদা ঙাওরে।

ডিসেম্বর ২৮, নিংথৌকাবা, ব্রাকচিং ১০

## হক খোঙ্গাওনরকপদা

ব্রাখল চোইরুদে
অশি খয়াৎ মাঙদা উই
লাউজে: থাদোক্লো।

ডিসেম্বর ২৯, লৈবাকপোকপা, ব্রাকচিং, একাদশী

## তেল্লবা মীওইপোক

তেনস্ত্রিক তেনশিনখি
মতম শগোল থৌরুবা
পুল্সিগী মতাং।

ডিসেম্বর ৩০, য়ুমশকৈশা, ব্রাকচিং ১২, ইমোইনু অহোংবী

---

কৃষ্ট : কৃষ্ণবু শোনবা মতমদা 'কৃষ্ট' হায়নসু শোয়ে।

## মাগী মতুং

তুংইনগে খল্লে
চৎতনবা থেন্নসু
তুংইন্নি থবায়।

**ডিসেম্বর ৩১, শগোলশেল, ব্রাকটিং ১৩, চহী লোইবা।**

## পোকচমল

কেঞ্জনি লৈ ওই
হঞ্জখিনি থবায়না
থমহৌনি লৈনম।

**মথক্কী তাং**

## খোঙচৎ

লাকই লৈনবা
চৎকনি লাক্লনবা
তুম্মিন লৈবদা।

**মথক্কী তাং**

## ইথৌদাং

খংঙাল ঙাল্লম্মি
মৃৎলমদাই ওইরক্লবা
ইদোম মৃৎখিনি।

**মথক্কী তাং।**

## মানা চানবিরে

তারে কৌরকপা
ঐনা খুম্মী : 'লাকখিরোই' !
মোমোন নোক্লকই।

**মথক্কী তাং।**

---




অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং



| | | |
|---|---|---|
| মপুঙ ফাবা মিং | : | শামুলাইলাৎপম প্রহলাদ শর্ম্মা |
| অপোকপা | : | শ্রীএসঐচ. শ্যামশুন্দর শর্ম্মা |
| অপোকপী | : | শ্রীমতী এসঐচ. শখি দেবী |
| লৈফম | : | ইরোইশেম্বা মমাঙ লৈকাই, ইম্ফাল কাংচুপ রোড, পি.ও. এণ্ড পি.এস. : লম্ফেল, ইম্ফাল ৱেষ্ট, মণিপুর। |
| পোকপা | : | খৃ: ১৯৫৩ ইং, নবেম্বর ১০, লৈবাকপোকপা। |
| মহৈ | : | বি.এ. |
| শিনফম | : | অইবা অমা ওইবগা লোয়ননা সোসিয়েল ৱার্কর। |
| থবক | : | কাউন্সিল্লর, ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল কাউন্সিল ইম্ফাল। |
| ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং | : | ১। থৌঙম য়াইফলোন ( শৈরেং), ১৯৭৮ ইং।<br>২। নুতনমঞ্জুরী (নোবেল), খৃ: ১৯৯০ ইং।<br>৩। নোংদম্বে শাপ অমৈ পাউদম (খণ্ড কাব্য) খৃ: ১৯৯১ ইং।<br>৪। অনুপমা ( নোবেল), খৃ: ১৯৯১ ইং।<br>৫। মালেমদা লাইজ থিবা (শৈরেং) খৃ: ১৯৯৩ ইং।<br>৬। ইমা ( শৈরেং), খৃ: ১৯৯৪ ইং।<br>৭। মরোল থোক্লবা নুঙ ( শৈরেং), খৃ: ২০০৩ ইং।<br>৮। অকংবা উপালদা চোংলকপা য়েন্নিং (শৈরেং), খৃ: ২০০৪ ইং।<br>৯। অহাঙবা অতিয়াদা য়েক্লিবা লাই ( শৈরেং), ২০০৭। |